# মনিপুরদা
# মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাস

(History of Education in Manipur)
(1885 -1947)

অইবা :
অসেম ইবোবী এম: এ: বি: এড:
STATE AWARDEE

# মনিপুরদা
# মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাস

( ই ১৮৮৫ দগী ই ১৯৪৭ )

( History of Education in Manipur )

অইবা

অসেম ইবোবী এম এ, বি এড
STATE AWARDEE

 মমল লু: ২০

# য়াহৌদোক

"মণিপুরদা মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাস" কৌবা লাইরিক মচা অসি মণিপুরদা কবম্বা মতমদগী মহৈ - মশিং তম্বা 'হৌরকপা অমসুং হৌজিক্কী মতমগী মহৈ - মশিং তম্বনা হৌরকপা কথা কুইরবা হায়বনচিংবা অদিগী মরমদা খিজিনবা য়াবা কথা খিজিন-নবা মতুংদা ইবা হৌজখিবনি। লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবগী খিজিনজবদা হৌখিবা চহি তরারোম অসিদা মণিপুরগী মপান অমসুং মনুংগী অকাইভস অমসুং লাইব্রেরী কয়াগী মতেং কয়া লৌজখি। লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরগী মহৈ - মশিং তম্বগী মরমদা খিজিনবা কাংবুদা অকুপ্পা লংলা লংজিন অমদি শোয়দনা পীরগনি খঙৈ। লাইরিক অসিনা মণিপুরদা মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা খিজিল্লিবা অমসুং তুংদা লাক্কদবা খীজিল্লগদবা কাংবুদা মাংতক থজিল্লা ওইরবদি পীবা ঙমলবদি অইবগী হোৎনজমন মহৈ য়াগ্রে খল্লবে।

অয়াইবদা পক্তানিংবা অমনা ঙসি লাইরিক অসিনা মৈথাক মাঙদা পুথোকপা ঙমজবিবা অসি মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভসকী Deputy Director Smt Kh Sarojini Devi অমসুং Asst. Archivist Dr Md Badarruddin অনিগী মতেঙ নংলমত্র বদি ওইথোক্কমলোই খঙৈ। মরম অসিনা Deputy Director অমসুং Asstt Archivist অনিগী মফমদসু শিংবা ঙমদ্রাইদবা নমন তোকনে।

—অইবা

# লাইরিকী ৱাসাঙ

শ্রীঅসেন ইবোবীনা ইবা "মণিপুরদা মৈহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাস" হৌবা লাইরিক মচা অসি পাখে। লাইরিক অসিদা কবম্বা মতমদগী মণিপুরদা নোংচুপ্পালামগী মৈহৈ-মশিং তম্বা হৌরকপা অমসুং ইং ১৮৮৫ দগী ইং ১৯৪৭ ফাওবদা মণিপুরদা চংখরবা মৈহৈ মশিং তম্বগী শক্তম অমসু উৎলি। মণিপুরদা নোংচুপ-পালামগী মৈহৈ-মশিং তম্বা হৌরকপা মতমদা খেংনখিবা খুন্দা চংদবা কয়া অমসুং মসিনা মথং মথং চাওখৎলকপগী খোঙথাং অমত্তা কয়না ইত্তুনা যাওরি। লাইরিক অসিনা মীতৈ লোলন শাবা মীওইশিংদা মণিপুরগী মৈহৈ মশিং তম্বগী ইতিহাস খঙহনবদা মতেং ওইগনি। লাইরিক অসিনা মণিপুরদা নোংচুপ্পালামগী মৈহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা শীজিনবা কাংবুদা লৈবা লাইরিক খরদং ওইরবসু শীগনি খল্লি। লাইরিক অসিনা আচৌবা মণিপুরগী মৈহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাসমক ওইরবসু কলেজগী থাক্তা মৈহৈ-মশিং তম্মগনা ইডুকেসনবু সবজেক্ট অমা ওইনা লৌরিবা ছাত্রশিংদসু রিফরেন্স বুক ওইনা শীজিন্নবা ঙাম্বগনি। অরোযবদা হায়রিবা অমনা অইবনা মতুংদা কান্নহেন্না শীজিন্নুনা লাইরিক অসি খরা হেন্না চাওখোক্না পুথোকপা তঙা ওইসে।

সহি/- তেনসুবম তোম্বা সিংহ
ডাইরেক্টর অফ ইডুকেসন (ইউনিভর্সিটি)
মণিপুর

ইম্ফাল
তা. ৫/৩/৯৪ইং

# মণিপুরদা মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাস

মণিপুর হায়বা লৈবাক অসি পীকচরবস্থু মশাগী তোপ তোপ্পা হৌন-লোনচং। চংনবী অমদি মহৈ মশিং তম্বগী চংনবী লৈজরকলবা লৈবাক অমনি। লৈবাক অসিদা চপ চানা হৌজিকী মতমগী স্কুলগী মহৌদা মশাগী তোঙানবা স্কুল শঙ অমম ওন্না থমহনা মহৈ-মশিং তম্বগী থবক চংথরকপদি ইকুই কুইত্রি হায়বা য়াই। থায়নদৈদগী হৌনা লাইরিক লাইঙ তম্বগী থবক অসি ওন্নাশিংগী যুমদা চংহনা শনাই ওইনা তমনিংবা মীশিংনা লাই রিক তমনরমই হায়বা অসি ঐখোয়গী অরিবা মীতৈগী লাইরিক শিং নৈনকদবগী খঙবা ঙমই। মতম অমদা তম্বরম্বা মরেক অসি মীতৈ ময়েকনি। মমা তৈদা শম্বা মীতৈগী মাইচৌশিং পুন্নমক লাইরিক-লাইঙ নীংথীনা হৈরম্বগী থুদম ফংই। মসিগী মতাংদা লাইরেনময়ুম ইবুংতোহলনা মহাকী লাইরিক ' Introduction to Manipur গী লমায় ৮দা অস্থমনা ইরি ' মীশিংনা সহিত্যগী ওইবা শিক্ষা ফংলমই। তৌইশুপ্পশ্ন মমালোন ইবা অমম্রু পাবা খঙনা মতিক চাহে হাপনা লৌনরমই। অহুম ওইননক থাগৎনি চাই ওইনা খঙলবা মাইচৌ খোঙ্নাংথাবা, মোইরাং চালাম্বা, কোনোক থেঙ 1 লাঙোল লুখোয় বাংহৈংবম মাধোপ্রাং, অঙোম

গোপী অমসুং অ'ত পৈরমই। ' অমুকসু ' পচথারোল কুম্বাবা'' অনিশুবা নম্বা, লমায় ১৭৬ তা মথাগী অসুমনা ইরি। " ১১ নি লংমাইচিংদা মৈশিং চংলোইপ্ননখোম্বনা বাক্লোইএ।

মুমনবা শেংবা, গোবিন্দ রাহেংবা, বৃন্দাবন শেংবা ২ মাদা হায়দাকুনা লাইরিক য়েংবা হম্ববা তুলসি নরানবু কোরি মপাক্লা লাইবিক ইহলএ।" মথক্কী রাহৈশিং অসিদগী ঐথোয়না খঙবদি মীতৈগা অহল লমলশিং লাইরিক কাইত নীংথনা হৈরমই হায়-বসিনি।

'A Short History of Manipur By R K Jhaljit Singh লমায় ২৫২ দা অহ্মনসু ইরি 'শরিসু য়েংশিনবা মাই মতুদি মইহ মশিং তম্বা অসি থাদুনবেগী মৎ দা ওম অদুদা চংখরমই মত্রদি ওঙ্গাশিংগী মুনদনি। Mr G H Damant না ইং ১৮৭৫ দগী ইং ১৮৭৭ ফাওবা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরমই। মহাক্না পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিবৈদা ইং ১৮৭৭ তা ' বেঙ্গল এশিয়াটিক সোসাইটি গী চেফোংদা মীতৈ ময়েক ফোংদুবি। মীতৈ ময়েকী মরমদা Mr A Porteous পোলিটিকেল এজেন্ট (ইং ১৮৯৩ ৯৫)না মহাক্কী Administration Report of the Political Agent, Manipur for the year 1893-94 দা অসুমনা ইরি, 'ময়েক অসি দেবনাগরিদগী শেমদোকপনি।'

E W Dun গী "Gazetteer of Manipur" লমায়-২৬ তা মণিপুরদা মইহ-মশিং তম্বগী মরমদা অসুমনা ইরমই, 'মণিপুরদা মইহ মশিং তম্বগী রাহং অসি রাহৈ থরক্তনা লোইশিনবা মাই।

ই ১৮৭২ দা লৈশিংগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেজর জেনেরেল W F Nuthall গী পাউতাক মতুংইনা মণিপুরদা লম অমগী লোনগী স্কুল অমা লিংখৎখি। স্কুল অসিদা বেঙ্গল সরকারনা লাইরিক অমসুং মেপনচিংবা লু ৪ ... নত্রগা লু ৫০ গী মমল শুরবা পোংশিং পীরকলমই। মোইরাংথেম সরকারগী মাইকৈদগী থৌগৎপীরা বাংলাদগী স্কুল অমা খিংজিনরক তাখি।' W F Nuthall না লিংখৎপীররা স্কুল অসিদা ছাত্রশিংনা মবক মরক্তা লাইরিক তম্না লাকখি। মণিপুরি শিংনা খঙনা বা ৎপনগী স্কুল অসিদা চা... লাইরিক তম্থ... E W Dun না "Gazetteer of Manipur দা অমুকন্দু অম্বা ইরমই 'মাখ হন্দি অসি অপুক্কী মতিক লাইরিক হৈবনদে মচুদি অরাবা থক্কী লৈকাবশিং ক খরা ইরম্মু পাবশ্চ ঙমলমদে।

মণিপুরদা মহৈ মশিং, তম্বগী মতাংদা T C Hudson Asstt Political Agent in Manipur and Suptd of the State ন মহাক্কী লাইরিক The Meitheis হায়বা অমুগী লম ২৭ শুলদা অসুমনা ইখি 'মতম অমুদা মণিপুরদা মহৈ-শিং তম্না হায়বশি লৈরমদে। মতুংদা প্রাইমারী স্কুলশিং লৈরকলমই। অমুগা ইংলিশদা নিংখিজরবা সেকেণ্ডরী স্কুল অমা লৈরমই। স্কুল অসি হায়রিবা কোলোনেল জে নইরোনগী হোৎনরম মমা শৌ দাক্লমরনি।' মণিপুরগী অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট Captain Gordon না মণিপুরদা মহাক লৈবানা লেল-থুম পুখোকচবগী ইংরাজি ভাষরা স্কুল অমা লিংখৎনবা কম্না হোৎনরমই।

থাক্ম অসি 'Foreign Political A Proceedings Nov 1863 No 6 তা য়াওরি। Captain Gordon না মণিপুরি-শিংবু লাইরিক-লাইস্ত তমহনবা হোৎনবদা থবায় য়াওরমই। মহাক মশানা সম্পাদন তৌখ্রনা A Dictionary of English and Manipuri' কৌবা Dictionary অমা ইং ১৮৩৭ তা কোৎখি। মসিনা তাকপদি মহাক্না মণিপুরিশিংবু ইংরাজি কজনা খঙহনবা পামলমই হায়বসিনি। Captain Gordon না লি খংলগা স্কুল অসিগী মরমদা রাজকুমার ঋলজিৎ সিংহনা মহাক্কী লইরিক "A Short History of Manipur" গী লামায় ২৫ ঙবদা অস্তুমনা ইরি, 'জোনষ্টোন্না অন্তুমনা রিপোর্ট তৌই মতুদি ই ৮৩৭ তা ইংলিস স্কুল অমদা মুপীমচা অনি য়াওনা ছাত্র য়াম্ম নস্রগা ভনক রোমদ, কাবনা মতুদা পলহনবা অমা থোকখিরমই।'

T C Hudson কী 'The Meitheis' Introduction page XIX দা মথাগী অস্তুমা অমুকমু ইরি, "গোর্দান্না কন্না হোৎনজরমু খবক অতুদা থোগ পিবা রাৎলমই। মতম অতুগী মণিপুর নিংথৌনস্ত য়েংশিনবীবা রাৎপদগী স্কুল অতু চংথবা ঙমদনা তোকখি। বৃটিশশিংনা মণিপুরশিংবু ই রাজিদা মহৈ-মশিং তমনবা কন্না হোৎনখি। মথোয়না মহারাজ চন্দ্রকৃতিনা অচাং ওইরিডেদা ইংরাজি তম্বা থোরাং পামখৎলমই। থোরাং অসিগী মথাদা মহারাজবু ইংরাজি তমহনবা ভারত সরকারনা থা খুদিংগী লু ৫ / ৫ পীরমই হায়না 'Political Consultance 12th July 1841, No 89 91 দা ইরি। মতম অতুদা ইংরাজি লাইরিক

ভন্না অসি মণিপুরগী অঙম অহৌ অমস্তুং নিংথৌ শঙ্গায় ইমুগী মীশিং না শাথৌনা যাবমক । ভারত সরকারনা মহারাজবু ইরাঙ্গি তমহনবা হায়বদা য়াদবদগী চন্দ্রকৃতি মহারাজবু মণিপুরি ওঙ্গা অমনা নিংথৌ শঙ্গায়দা মীতৈলোন অমত্তা যোকাপি কে নতমক তশীরমই ।

মেজর জেনারেল W F Nuthall না লিংখৎলম্বা স্কুল অনুগী মরমদা ডা এল চন্দ্রমণি সিংহনা ইবা ' মণিপুর ইতিহাস ' লনায় ২১ শুরদা এখাগী অস্মনা ইরি ' খ. ১৮৭৭ ফাওবদা ফ … ৫ / ৬ দগী হেন্না কাবক্তবা অত্ৰ য়েংলগা জোনষ্টোনা স্কুল অসি চাৎ খৎনবা হোৎনবদা অপনবা য়ামনা পীরি হায়দুনা মত্তু কোংদকলমই ।' তশেংনমক মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেজর W F Nuthall না লি খৎলম্বা স্কুল অদু মপুং মরৈ কংখিদবা অদদা সার জেমস জোনষ্টোন্দা য়াম্না নীংবা কায়রমই । মরম অদুনা মতম্কা অন্তাম্বা ইংলিস স্কুল অমত লিংখৎচগ হায়না খনখি । মন্থাপ্পা থবক অসি মনীং তৌনা তৌবা ভমলমদে । মতম অসিদা মহারাজগী য়াথং য়াওরবদি বৃটিশ মচাশিংনা থবক অমতা পায়খৎপা ভমলমদে । জোনষ্টোনা নিংথৌগী অচানবা কমনাইবা থাক্সাদ মেজরগী মখতং লৌরমই । মেজর অসিনা চন্দ্রকৃতি মহারাজদগী ইংলিস স্কুল অমা লিংখৎনবা অয়াবা লৌরমই । মহারাজগী হুকুম হেক্ক ফংবগা খ. ১৮৮৫ দা মিডল ইংলিস স্কুল অমা লিংখৎখি হায়না সার জেমস জোনষ্টোন মশামক্তা ইবা "My Experience in Manipur and Naga Hills" হায়বা লাইরিক মহ্নগীলমায়

—১৪৪ দা ইরমই।

জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখিবগী মতাংদা রাজকুমার স্নাহল সিংহ বি কম না ইবা "A Short History of Manipur" গী লমায়—৮ শুবদা অস্নমন। ইরি, মসি মহাক্কী মতমদ্নি মতুঙ্দি হৌজিক জেনষ্টান হায়স্কুল অসি মহাক্কী থরায় খাঙ্ শিনবা অং বগী পোংশনবা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট সার জে জে নষ্টানা লিংখৎখিবনি।" "Annual Administration Report of the Manipur Agency 1877 78" তা কোম্বংদা লিপা-মচা ৫ নত্রগা ৬ রোম লৈবা স্কুল অমা লৈরমই হায়না ইরি। মতুংদগী হেনবা অতৈ অনৌবা স্কুল লিখৎপগী দরকার লৈতে। করনা হায়, পাবা তম্বা মীওই খরা লৈ। চহি নিঙ্গরোমগী মমাঙ-দ ই লিস কুল অমা লৈরম্বা অদুদগী হেন্না হুন্না লৈ। গোকুল থাকুর কৌবা বামোন পণ্ডিত অমা লৈরমই। মহাক অসি হায়-খিবদা কাওবা লৈতে। অদুগা ইংরাজি করনা খঙই হায়নত্র রিপোর্ট অদুদা ইরি।

Annual Administration Report of the Manipur Agency 1878 79" দা মখাগী অস্নমনা ইরমই মতুদি হৌখিবা চহিদা ছাত্র ৫/৬ লৈরম্বা স্কুল অদু অতুম লৈরমই। পোলিটি-কেল এজেন্টনা মণিপুরগী লিংখৌদা মঠেই মশিং তম্বগী মরমদা হায়জক্রবদা মণিপুরগী প্রজাশিংদি লাইরিক তম্বগীদি কাওজে শামবগুম্বনা হেয়া পামই হায়রকই। মণিপুরগী মঠেই মশিং তম্বগী

মরমদা "Gezetteer of Bengal and North East India" By - B C Allen E A Gait, C G H Allen, H F Howard শী ক য় ৬২৪ দা নখাগী অহংনা ৈরি "মহৈ-মশিং তম্বা অসি খুদং চাওশিনক। ইং ১৯১ গী মীকোক থীবগী মতুং ইমা নিপা মশীংগী ১৯ থক্তং লাইরিক ৈহ। এম স্কুল অমা ইম্ফালদা লৈরমই অমদুং ইং ১৯০৪ দা ০ট অসিদা এক পি ২৯ লৈরমই। মসিগী মখুংদা অনিনা চীংদা লৈরমই। ইং ১৯৪ গী মার্চ তা ৩১ কাওবদা অপুনবা হায় মশীং ১২৯ নত্রগা ১৬২৯ ওইরমই। মসিগী মখুংদা ৪৬ নবনা অইদি এলাঃ পি স্কুলগী চাত্রনি। নপীমচা স্কুল অমা হৈদুই বুইননা মুথংথিরমই মরমদি মসি থম্বগী কান্নবদগী থরচনা হেল্লি হায়বদগীনি।

অপেংনা হায়রবদা অঙ্গানাপকক্তবা শতাব্দীগী ময়াম চমম-নায়দা বৃটিশ ওফিসারশিংনা মণিপুরদা স্কুল লিংখৎপীবা হোরম লবন্তু মণিপুরগী প্রজাশিংনা ইংরাজি তমনিংবগী বাখল অমসুং অপাম্বা লৈরমদে। মণিপুরগী নিংথৌশিংনসু ইংরাজিদা মহৈ-মশিং তম্বা শক্দোক্লবা হোৎনবা অসি খুকয়া য়ানিলমদে। মখোয়না মমাংডৈদগী চৎনরকলবা মহৈ মশিং তম্বগী মওং হায়বদি থাং-তা শগোল তোংবা অমসুং কাহৈজ অশিতমক থবায় য়াওরমই। বৃটিশ-শিংনা ইংরাজী লোল তম্বগা লোয়ননা বাঙলা লোল অমসুং ময়েক লৈবাক অসিদা পুশিল্লকখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মীতৈ মচাশিংনা ইংরাজি লোল নীংথিজনা থজবা তমজবসু বাঙলা লোল য়ামনা থজহৌনবনি। মতম অসিদা মণিপুরদা লৈবা

বৃটিশকী 'পোলিটিকেল এজেন্টী লৈফমদা থবক তৌবা মীশিং অসি বঙ্গালী মচানা অযাম্বনি। বাঙ্গলা লৈবাক্কী লাকপা বৈষ্ণব ধর্মবু লৌরিবা মীতৈশিংনা শোয়দনা মখোযগী লাইনিং-লাইশোনগসু মরি লৈনরিবা বাঙ্গলা লোলবু থোইনা পামগনি খল্লি। মসিগীসু মথক্তা বৃটিশ রেসিডেন্সীদা থবক তৌরিবা বাঙ্গালীশিংগসু মরোন-মরি ফাওদোকবদা হেন্না কাম্বগনি খনখিরমই। মতৈ-বাক্কী চৈনা ফেলাম্লোইদ্রিদগী লৈরকলবা মীওই ময়েক মুৎখিগদ্রা হায়বা অসি মীতৈশিং না খন্না চিন্তখি। মরম অসিনা বাঙ্গলা মায়েক অমসুং লোলদা শন্দোক্লকপা মতৈ মপিং তম্বগী থবকপু প্রকাশিংনা খ পাম পামম্বখিদ। বাঙ্গলা সেম্বা মণিপুরদা পুশিন্নকপগী মতাংদা শ্রীদ্বিজমনিদেব শর্মানা ইবা সন্থিতা অমসুং রস হায়বা বারেং মণিপুর ইউনিভর্সিটি কাঞ্চিপুরনা ফোংবা 'অপুনবা বারেং কৌবা লাইরিক্কী লমায়-২০৫ দা মখাগী অসুমনা ইরি, ' অসি হৌদাক্লবা মীগী পুত্রি দদি মতৈলোন অসিবু পুম্মৎ মুখতন্না বাংলা লোন পুমদো লৌবগী তাবদ্ব শেন্নবা য়াই। বাঙ্গলা লোন অমসুং মায়েক অসি জে নাইটোন স্কুলদা ই ১৯২৪ ফাওবা তমনখি। চহি অসিদা কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়না বাঙ্গলা মখেন্না ইবা মীতৈলোনবু মেত্রিকুলেসন পরিক্ষ ফাওবা লক খতখি।

সার জেমস জোনষ্টোননা মতৈ-মপিং তম্বগী থবক্তা থবায় যাওরম্বগী মরমদা History of Modern Manipur ' Edited by Lal Dena গী লমায় ৪৬ শুবদা অসুমনা ইরি। ' জে নষ্টোনগী খুৎলাইগী চাওবা থোদাংদি মতৈ-মপিং তম্বগী লমদনি।

মতম অদুদা W F Nuthall না ই. ১৮৭২ দা লিংখৎলম্বা স্কুল অমখক্তা চাউরবা অদু মণিপুরদা লৈরমই। মদু থকনা মীম মাং-লমদে। জোনষ্টোননা হান্নোবা স্কুল অমা মণিপুরদা লিংখৎপা পাম-লমই। মহাক্না মহারাজদা চৎত্রবনই অমসুং মহারাজকী অয়াবদা পোয়রনা মহাক্না ইংলিশ স্কুল অমা ই. ১৮৮৫ দা লিংখৎখি। মহাক্না স্কুল অসি চাওখৎনবগীদমক হৈ থ কপা য়াবা উপাই মখৈ লৌরমই। অশংবমক ইংলিস স্কুল অমা লিংখৎলম্বা অসি মহৈ মশিংগী লমদা জোনষ্টোনগী মচৌবা থৌদ অমা ওইখি।

শ্রী লাইরেনমযুম ইবোহলনা ইবা Introduction to Manipur গী লমায় ৭৯ শুবদা মণিপুরদা মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা অহুমনা ইরি, ই. ১৮৭১ মণিপুর লানগী মতুংদা হাইস্কুল অমা লিংখৎখি। জোইগুহন্দ্র একিলায়সনশি ই. ১৯২১ গী মতুংদা ফংখি। National Council of Educational Research and Training, Ministry of Education (1947 61) গী রিপোর্টতা ই. ১৮৮৫ ৮৬ তা মিডল স্কুল অমা সার. জেমস জোন-ষ্টোনা লিংখৎখি হায়না ইরি। স্কুল অসিগী মমিং জোনষ্টোন মিডল ইংলিস স্কুল হায়না থোনখি। স্কুল অসিনা মণিপুরগী অহানবা মিডল স্কুল ওইখি। জোনষ্টোন সাহেবনা স্কুল অসি হৌদোকলম-লবস্কু স্কুল অসি শামবা লমদি মহারাজকী য়াথং নত্রবদি কনা অম-জনা পীবা ওমলমদে। মরম অসিনা স্কুল শামবা লম অমসুং স্কুল শঙ মহারাজনা পীরমই। অহুম্না প্রজাশিংবুনা মচা মচা লাইরিক তমহনবগী থৌদাং লৌহল্লমই। সার. জেমস জোনষ্টোনা ওন্না

খিঙ্না লাইব্রেরি লাইও চে চুং লৌতুনা চেগশিনবা লেনগী লাইরিক ফোংমই। স্কুল অসি হৌজিকী গভর্নরগী ইংখোল মফমদা মফম অমদনা বৃটিশ রেসিডেন্সী হায়না খঙনরবা মফম অসিদা লিংখৎখি। মরম অসিনা হৌজিক নত্তমগী চপ-চাবা স্কুল লিংখৎতুনা মহৈ-মশিং চাং নাইনা তম্বা হৌখিবা চহি অসি ই, ১৮৮৫ দগীনি হায়না লৌবা য়াই। চহি অসিদগী মণিপুরদা মহৈ-মশিং তম্বগী চপ-চাবা মওং অমদা স্কুল লিংখৎতুনা ঊৎরকখি ইং ১৮৯১ ফাওবদি মওং কয়া তাদনা শিগাদোকখিবা মাহাক লৈখিবনই। ই ১৮৯১ গী "এংলো মণিপুর লান" কৌবরকপা মতমদা স্কোলাইটান স্কুল অসি মুমকম ফাওবা খিবা থকদনা মাঙখিরমই। চহি অসিদা ম'ণপুর পুম্নমক কাও-থোক চাইবা মতম ওইবনা স্কুলনচিংবগী য়াখল অমত্তা লৈরমদে।

## ইং ১৮৯২ হৌ

ইং ৮৯১ গী লানদা স্কুল ফাওবা খিবা থকদনা মাঙখ্রবা স্কোলাইটান স্কুল অসি অহানবা লিংখৎলকপদা য়াম্মিবগী মতুং ইন্না চৈটিনা স্কুল শঙ শাবা তাখি। মতম অদুদা মণিপুর সরকারগী শেল-থুমগী ফীবম য়াম্না ৎংলমদে। মরম অসিন বৃটিশ সরকারনা স্কুল শঙ শাবগী খরচ পুম্নমক য়াম্না পুথোকলগা মতুংদ, স্কুল শঙ শাবগী খরচ অদু ইং ১৮৯৩-৯৪ গী চহিগী কারবপা খজনাদগী হুন্দনবা হায়না য়ারমই। য়াম্বা অসিগী মথ দা স্কোলাইটান স্কুলগী শঙ শাবা হৌখি। স্কুল শঙ শাবা লোইরিবা ইং ১৮৯২ গী জুন তাং ১ দা স্কুল অসি হাংখি। মসি মফম থরগী ওইবা স্কুল শঙ অমনি। চহি অসিদা লেকমাইবা এল, পি, স্কুল অমা লিংখৎখি।

মসিনা মণিপুরগী অহানবা এম পী স্কুলনি। স্কুল অসিদা বাংলা লোননা তম্বীবা হৌখি। স্কুলদদি বাংলা লোন তম্বরম্বগী খুদক লৈরকপদি হায়দগী লৈরকলবা মীতৈ মযেক্তা লাইরিক অহুম তমনবনি। চহি অসিদা মণিপুরদা লৈবা স্কুল হায়রবু জোনষ্টোন এম ই স্কুল শম্নুং শেকমাই এম পি স্কুলনি। ইং ১৮৯৩ গী মার্চ তাং ৩১ কাওবদা জোনষ্টোন এম ই স্কুলদা ছাত্র ১১৩ তমলমই। ছাত্রশিং না স্কুল কাবগী চাংনা নোমেদা ৫৭ নি। ছাত্র অযাম্বনা প্রাইমারি থাক্তা তমলমই। স্কুল অসিগী চহি অসিগী অপুনবা খরচ ন্ম ৯৯৬ নি। খরচ অসিগী মতাংদা ফেটনা লু ৪৬ পুরমই। ইম্পিরিয়েল সরকারগী থাগী ওইনা গ্রান্ট ইন এড লু ৩ /৩ সুকুম্বই নাগা হিলসকী ভমবৈদা লৈবা মাও থানাদা এলং পি ভমা লিংখৎনবা হোৎনরমই। মণিপুর সরকারগী চহি অসিগী অপুনবা মহৈ মণিং তম্বা থাদবা শেলকমদি লু ৬১৭-আনা - ০ পাই ৯ ওইখি।

## ইং ১৮৯৭ ৯৪

ই, ১৮৯৩ দা জোনষ্টোন স্কুলগী শাও শাবা লোইরক্লনা শঙ্গানরই স্কুল অ'স কমিটি অমনা শাসন পুরমই। চহি অসিদগীদি স্কুল অসিদা ছাত্র চাং নাইনা কাপ্পনা মহৈ মণিং তম্বা হৌখি। হৌখিবা চাহদা স্কুল অসিদা ছাত্র ১১৩ লৈরগা অহু চহি অসিদদি ছাত্র ১১৭ লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংশু হৌখিবা চহিদা ৫৭ ওইরম্বদগী ৬৬ দা হেনখৎখি। হৌখিবা চহিদগী লিংখৎনবকী থৌদা তৌরকলবা মাও থানা এলং পী স্কুল চহি অসিদা লিংখৎখি।

মরম অসিনা চহি অসিগী মনুংদা মণিপুরদা লৈখিবা স্কুল মশীং অহুমনি । স্কুলশি অহুদি জোনষ্টান এম ই স্কুল সেকমাই এল পী স্কুল অমসুং মাও থানা এল পী স্কুলনি । স্টেট সরকার না চঙ্গিগী ওইনা স্কুলশিংদা শেনখ পীরবা অহুগী মথক্তা থা থাগী ওইনা শেনথং পীবা হৌখি । মতম অসিদা এল পী. স্কুলদা ক্লাস মঙা লৈরমই মহুদি মঙাশুবা মরিশুবা অহুমশুবা, অনিশুবা অমসুং অহানবা ক্লাসনি । হৌজিক্কী মতমদা ক্লাস বান, টু, থ্রী, ফোর হায়না ক্লাস মশী খীন্নবা অসিগুম তৌরমদে । মতম অদুদা এল পী স্কুলদা মঙাশুবা ক্লাসনা অহোবা ক্লাস ওইরগা অহানবা ক্লাসতা শোইশিল্লি । অহানবা ক্লাস তগা লোইরকপদা এম. পি স্কুল । অরোইবা পরিক্ষা থম্বমই চহি অসিদা অহানবা ক্লাসকী পারক্পা থাবদা ছাত্র নিপানথক পাস তৌখি । খোঙালদা চহি অসিদা স্কুল গী ওইবা এল পি স্কুল অমা লি থংনবা সরকারনা স্কুলগী শঙ অমদি ছাত্রশিং না কমনবা কলর্চ বা থোৱা তৌখি । লমদম অহুগী প্রজাশিংনা স্কুল অহুনা অঙ শ্বু লাইবিক ওম্ববা থাবী-বকউ হায়জবদা য়াবমদ । ছাত্র য়াওরবদি স্কুল লি থংনা মাদম লিনা স্কুল অহু থি জনখি স্কুলাশদা বাক্সা লোননা লাইবিক অহুম তগীরমই । নীতৌ মঘোক্তা হৈবা লাইরিকম পুরক্তা তগা তোক্করমদ । চহি অসিদা জে নাইটান স্কুলগী চাওথংপা অসি পুক্কি থৌগৎনিঙাই ওইদে । স্কুল অসিদা এল পি থাবী মথক্তা নিপামচা নিপাম্ব তমলমই । স্কুল অসিগী থাগী থমচ ইম্পরিয়েল প্রান্টকা লোয়ননা শু ৮১ থক ওইরমই । স্কুলদা মহৈ-মশিং তম্বী

খিজিন্নরমই। স্কুল অসি শানবগী মকমশু ফংলমই। শাইদগী অরাবদি মুপীমচাগী স্কুলদা চঙ্গা ওইবীনবা ওজা মুপী লৈতবা অসিনি। ওজা মুপী থিনবগীদমক কছাড় অমসুং শিলচরচি.বা মফমদা চিঠি থাগ্না হোৎনরমই। অ রাইবদা ওজা মুপী ফংদবদগী মুপীমচাগী এল পী স্কুল অমা লি খৎপগী বাখল থাদোকখি।

মতম অসিদা মণিপুরদা মুপীগী মহৈ-মশিং তম্বগী থবক অসি নিপামচাশিংগা চপ মান্নবা খুমাঙ চাওশিল্লমদে। মক ওইনা অরাংবা থ কী ইমু, মন্নুংদা লৈবী মুপীমচাশিংগী মহৈ তম্বা অকবা স্কুল অমা লিংখৎপদা মায় পাকনি খনখি। মতম অদুদা মণিপুরি মুপীমচাশিং অসিবু ই রাজি ইবা, পাবা অমসুং তাংবা হৈহন্নবা মতু দা বিলাত তাম্না পুথিগনি হায়বা চোকতা অমা শন্দোকলমই। মুপীমচাশিং অসি পুথিনবগী মরমদি বিলাতকী নিপাশিংগী লুহোংনবা মুপী তাঙবদগীনি হায়নগু শান্দোকলমই। T C Hudson না মহাক্কী লাইরিক "The Meitheis" গী লমায় ২৫ শুবদা তোকতা অসিগী মরমদা অহ্মনা ইরি, অসিগুম্বা থোকহনি দবা অশেম্বা হারী অসিগী মরুওইবা যুমকমদি মসিনি মতুংদি মতম অদুদা লৈরম্বা সরকারগী ওফিসারশিং সিভিল অমসুং মিলিটরি অমত্তা লুহোংলবা ওইরমদে।" তোকতা অসি অরেম্বা লৈতনা মণিপুরগী মফম মকম খুদিংদা শন্দোকখিরমই। মরুওইনা তোকতা অসি কৈথেল কাবী ইমা ইবেমশি গী খুৎথাঙদা শন্দোকখিরমই।

চহি অসিগী লোইরমদাইদা জে নচোন স্কুলগী হেড মাষ্টরনা

ফম থাদোকখীরমই। ফম অসিগী থবক পুখীনবা মী মৈতৈগুম্না য়াম্না থানরমই। মতম অসিদা লাইবক ফবদগী Rev William Pettigrew-কৌবা খৃষ্টান মিসনরি অমা মণিপুরদা লাকখি। মহাক্না অপাম্বদি মণিপুরদা খৃষ্টান মিসন অমত্তা লিংখৎলবা হোৎ নবনি। মহাক্না মিসন অসি লিংখৎপা য়াম্নবগী অয়াবা চৈটে মহা-রাজদা পীবীনবা হায়জরম্বই। ডব্লিউ. পেত্রিগ্রু মৈতৈ-মণিং তম্বগী থবক্তা থরায় য়াম্না য়াওবা মীশকনি। মহাক্না জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর লৈতদ্রুনা য়াম্না রাক্লিবা মচৌ তম্বগী উবদগী স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর ওইনা তম্বগী মওংদা পুক্নিং থাংনা য়াম্লমই। মহাক্না ছাত্রশিংবু সুশিক্ষা অমা মৈতৈ-মণিংগী থবক্তা থরায় য়াওবা মসিবু প্রজাশিংনা য়াম্না থাগৎখি। ১৮৯৫ গী মার্চ থা ফাওবদা জোনষ্টোন স্কুলদা ছাত্র ১০০ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ৮২নি। চহি অসিগী স্কুল অসিগী থৃপুনবা খরচ লু ১৮৬নি। মমক। মসি ইম্পিরিয়েল ফণ্ডগী লু ৮৬ অমুগা চৈটে ফণ্ডগী লু ৫৫২ অমসুং লু ৭৪ না অতৈদগী থৌরমই। চহি অসিদা মণিপুরদা পুম্না স্কুল তরুক লৈখি। মণিপুরদা লৈখিবা স্কুলশিং, অদুদি মিডল ইংলিস স্কুল অমা অমসুং লোয়র প্রাইমারী স্কুল মঙা অসিনি। চহি অসিদা চৈটে অসিদা লৈবা স্কুলশিং থম্না শাখি। চৈটে অসিদা লৈখিবা স্কুল শিক্ষাশিংদা পীনবা তম্বগী স্কুল শঙ শাবা অমসুং অতৈ অতৈ পোৎ-চৈ লৈবগী পুম্না লু ১৬৭৭ খরচ তৌখি। মণিপুর চৈটেকী মতৌ মণিং তম্বগী থবক্তা চহি অসিদা তৌখিবা খরচকী অপুম্বা মতোম

মখাদা পীরি।

(১) জোনাথান স্কুলদা মতেং ওইবা — রু ৫৫২
(২) এল' পী স্কুলশিংদা — রু ৫২১
(৩) স্কুল শঙ শাবদা — রু ৩৬৭
(৪) স্কুলগী কাল অমম্বা চেংশুং লৈবগী — রু ২৩৭

রু ১৬৭৭

## ইং ১৮২৫ ২৬

চহি অসিদা মোইরাং এল পী স্কুল লিংখৎখি। হৌখিবা চহিদা কাল হৈরানখিবদগী স্কুল হৌখিবা থাখৈবদা এল পী স্কুল চহি অসিদা অমুক সরকারনা হোৎনখ্রবা লিংখৎখি। মণিপুরগী অহানবা এল পী স্কুল ওইখিবা সেকমাই এল পী স্কুল তরাইনবা হাত্র লৈতকপগী চহি অসিদা যুথৎখি। ইস্কাল এখিয়াদা অচাং মণীং য়াম্না স্কুল তম্বা লাকপদগী ইস্কুলদা লাক্নিবা স্কুল অহুম ফায়-বদি লেখিগ্রা, মেরা অমত্রু থাখৈবন্দ এল পী হাত্র ১০/১৩ মেবা শঙ অমমম শারমই। ইম্ফালদা লিংখৎপা এল' পী স্কুল-শিংদা অচাং কপ্পা চত্রবা অসি উবদগী লাইরিক-লাইরোল হৈরবা বাঙালি মচাশিংনা হৌজিক্কী মতমদা লৈকাই থুদিংগী ইংলিস স্কুল লিংখৎলকপগুম মনাগী হিংনবগীদমক এল, পী স্কুলশিং লিংখৎ-পা হৌখি। মখোয়না লিংখৎপা স্কুলশিং অসি অহানবদমি হাত্রনা পীক হেক্তা থনখি। স্কুলশিং অসিদা তম্বা হাত্রগী ফিজিন ফা জোরমই। হাত্রশিংগী মমা-মপাশিংনা স্কুলদা লেনবা ফিজিনদ কি

অসি পীবা ওমনদবদগী অঙা শিং লাইরিক তম্বা তোকনখি। অরোইবদদি স্কুলগা ওজাতগা ভাইহোই। মতৌ অসুমনা বাঙালি মচাশিংনা অনিরুক স্কুল লিংথংলবু মায় পাকপা ঙমখিদে।

সরকারনা ই. ১৮৯৫ দা মুপীমচাশিং তমনবা এল পি স্কুল অমা মোইরাংখোমদা শাখি। স্কুলগী মপাৎ মচৈ পুমমকপু লাং শিনখি। লাইবক থীবদগী মুপী ওজা কংদবনা মরম ওইদুনা স্কুল অদু চলাইখিদ্রে। Rev William Pettigrew তা.খুলশিংদা খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপা নিপা অসিনা ওজা মুপী অমা কনবা করা হোৎনরমই। মহাক্না ওজা মুপী কংনবা থংনবা হৈটশিংগী পাওজঙ্গ চে কয়াদসু এডভরটাইজ তৌদুনা থিরমই। চহি অসিদা জোনষ্টোন স্কুলদা অঙাং মশীং মায়া হেনগৎলকুনা স্কুলগী ফিবম য়ায়া ফগৎখি। অচা মশী যাদনখিবনা স্কুলগী থবক নীং- খিনা চলায়বা য়ারমদ। সরকারনা মসি উদুনা জোনষ্টোন স্কুলদা তমলঙা এল পি সেক্সনগী অঙাং মখৈ ইম্ফালদা লেবা পেত্রিক্ষ তেরা অমদুং থাংনৈবন্দ এল পি স্কুলদা হোৎহনখি। মরম অসিনা জোনষ্টোন স্কুলদা তুথগী অঙাং ৫০ থক্কা লৈখি। ই ১৮৯৫ গী জানুয়ারী তাং ৩১ দা স্কুলগী কোস খোমোকনবদগী রোলদা ছাত্র ১৭৭ লৈখি। ই. ৮৯৪ ৯৫ দা ছাত্রশিংনা লোংগী স্কুল কাবগী চাংচৎতা ৮২ ওইরমদগী ১১৪ দা ওইখি। Rev W Pettigrew না জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইনা পুখিবা অসি থা অহুমথক্কনি। থা অহুম কারমদাইদা অনৌবা হেড মাষ্টর ওজা বাবু মোহেশ্বর দাস লাকুনা W Pettigrew দগী চার্জ লৌখি। চহি অসিগী জোনষ্টোন এম ই স্কুলগী খরচ লু ১ ৬৫ ওইখি। ভারত

সরকারদগী গ্রান্ট ওইনা নু ৩৬৩ মণিপুর ষ্টেটতগী নু ৫২৬ অমসুং নু ১৮১ না অতৈ অতৈদগী ফংবনি। চহি অসিগী অপুনবা স্কুল মশিং নিপানি। ইফালদা এম ই স্কুল অমা অমসুং এল পি নবি চৌদ এল পি অমা অমসুং খুংদা অনি ওইখি। চহি অসিগী মহৈ-মশিং তম্বগী খরচ নু ৪৫৮১ নি। প্রাইমারি স্কুলশিংদা ছাত্র ৪৮৭ অমসুং এম ই স্কুলদনা ছাত্র ৫৩ তমখি। চহি অসিগী অপুনব মহৈ-মশিং তম্বগী খরচকী অমুক্তা মখাদা পীরি।

| | | |
|---|---|---|
| (১) | জোনাইন স্কুলদা মাঙ ওইনা | নু ৫২৪ |
| (২) | এল পি স্কুলগী ওজাশিংগী তনব | নু ১৭৪ |
| (৩) | লাইব্রেরি-লাইরিক অমসু চে নচি বা লৈবদা | নু ১৪৮ |
| (৪) | স্কুল শঙ অমসুং ফর্নিচর | নু ২১৩৫ |
| | অপুনবা | নু ৪৫৮১ |

## ইং ১৮৯৬ ৯৭

ইং ১৮৯৫ গী মথাই অক্রবাইদগী ষ্টেট দরবাবনা খ্রীষ্টান মিসন অমা চী গী লম উখ্রুলদা লিংখৎপা য়াবগী অয়াবা পীবদগী Rev W Pettigrew ইমাম থাদোক্লুনা উখ্রুলবোদা চংখিরমই। মহাক্না মফম অদুদা হেক য়েবসা এল পী স্কুল অমা লিংখৎনবা হোৎনরমই। মহাক্না ষ্টেট সরকারদা হায়জদুনা ইং ১৮৯৬ তা উখ্রুল এল পী স্কুল লিংখৎখি। Rev W Pettigrew না উখ্রুলদা লৈখিবদগী মথংগী চহিগী ষ্টেট বজেতা চীংশীগী ময়াক্না

স্কুল হাংদোক্লবা হেড হেনগৎহনখি। উখ্রুলগী তাংখুল ইপা-ইপুল-শিংনা মচা মওশিংবু স্কুলদা লাইরিক তম্বা খারকন্নমদে। মখোয়-দগি লাইরিক তম্বগীদি মমগী থবক অমসুং পামনবা থবক্না হেক্না মরুওই হায়না খল্লমমই। হায়শিংনা স্কুল ইকা-কায়রক্তবদা Rev W Pettigrew না য়ম্মথোক্ত খুদিং চংজুনা তাংখুল ইপা-ইপুল-শি বু তাব তাহন্না হোৎনরমই। মহাকী হৈ-শিংবা অমসুং নোম্বা কনবতনা তা খুল অচৌংশিংবু স্কুল কাহনবা ঙম্মখি। চহি অসিগী আরোইবদদি উখ্রুল এল পী স্কুলদা হাত্র ২১ লৈখি। স্কুল অসিগী নাযপাকপা অমসুং তম্পাকী মহৈ-মশিং তম্বগী থোক্তথাং অসি Rev W Pettigrew গী মপান্দগীনি।

চহি অসিদা হৌবা অসিনা মহৈ মশিং তম্বগী থবক্তা মাব প কন্না চংশিল্লমই। হৌখিবা চহিদা জোনষ্টোন স্কুলদা হাত্র ৫০ লৈবনবদগী হাত্র ৪৮ দা হৎখি। এল পী স্কুলগী হাত্র ৪৮৭ লৈরম্বদগী হাত্র ৫৫৪ দা হেনগৎখি। জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর মোহেন্দ্র দাসনা স্কুল অসিগী অকন্না থবক মায়া তৌখি। চহি অসি লোইবকপদা থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুরদা এল পী স্কুল অমমম শিংথৎনবা খোয়াঙ তৌখি। ই ১৮৯৬ মণিপুরগী মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাসতা মরুওইবা চহি অমনি। চহি অসিদা মণিপুরদা ইহান হানবা নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরিক্ষা থাবা হৌখি। পরিক্ষা অসি ডিসেম্বর থাদা পাঙথোকখি। পুম্না হাত্র ১৮ পরিক্ষা অসিদা য়াওখি। পরিক্ষা অসিদা হাত্র নিপান পাস তৌখি। পাস তৌবা হাত্র নিপাবগী মনুংদা হাত্র অমখক ফার্ষ্ট ডিভিজনদা পাস

তৌখি। কাষ্ট' ডিভিজনদা পাশ তৌখিবা ছাত্র অসিদা সরকারনা থা থাগী ওইনা লু ৬/০ চহি অনিগী বৃত্তি পীখি। চহি অসি লোইরকপা কাওবদা ইস্কলগী গ্রুপ মচা স্কুলগী ওজা হাপলমমে। চহি অসিদা মণিপুরদা এম ই স্কুল অমা অমসুং এল পি স্কুল নিপান লৈখি। অপুনবা ছাত্র মশী না এম ই অমদা ছাত্র ৫ অমসুং এল পি নিপানদা ছাত্র ৫৫৪ ওইখি। চহি অসিগী মণিপুর ষ্টেটকী মহৈ-মশিং তম্বগী অপুনবা থবচ লু ৪৬১৯ নি। অবুপা মখোল মথাদা পীবি

| | | |
|---|---|---|
| (১) কোনাষ্টান স্কুলদা মাস্তাং ওইনা | লু | ৫ |
| (২) এল পি স্কুলগী ওজাগী তলব | লু | ১৭৫১ |
| (৩( লাইবিক অমদি চে-নচিংবা লৈবগী | লু | ৭৫১ |
| (৪) স্কুল শঙ অমসুং ফর্নিচর | লু | ৩ ৯ |
| (৫) উখ্রুলদা অনৌবা স্কুল শঙ শাবদা | লু | ৮৯৫ |
| (৬) তম্পাক্রা অনৌবা স্কুল শঙ শাবদা | লু | ৪ ৩ |
| অপুনবা | লু | ৪৬১৯ |

## মং ১৮৯৭ ৯৮

মং ১৮৯৭ তা Rev William Pettigrew না ওনাবনি ইনপেক্টর ওইনা থবক পুখি। মহাক অসি মণিপুরগী মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাসতা মমিং চাওনা লৈহৌরগদবা মীশক অমনি। মহাক্রা সরকারদা হায়জদুনা কহাডদগী মীতৈ অমা কৌথোক্লগা ইনপেক্টিং পণ্ডিত হাপখি। ইনপেক্টি, পণ্ডিত অসিনা এল পি স্কুল

মখোই চংকুনা থেংলমই। ইং ১৮৯৩ দা সরকারনা তিংখৎকে হায়না তৌরম্বা মতুংদা প্রজাশিংনা স্কুল অমা অহাংশিং থাবীরকউ য়াদ্রবদগী তোকখবা থেংবাল এল পি স্কুল চহি অসিদা অমুক লিংখৎখি। মতম অসিদা মণিপুরগী মকম অয়াম্বদা স্কুল লিংখৎনবগী পাও তারকপদগী থোৌবালদা লৈবা প্রজাশিংদু স্কুল অসি লিংখৎপদা থবায় য়াওনা তৌরমই। মখা অসিনা চহি অসিগী লোইরকপদা মণিপুরদা এল পি মাপল হুমদং এম ই স্কুল অমা লৈখি। স্কুল মরিনা ইম্ফালদা, অহুম্না তম্পাকী স্কুলদা ত চং চীংদা অনি লৈখি। এল পি স্কুলদা বাক্সাগী কোৎনা হুমীবরমই। এম ই স্কুল অমদা ছাত্র ৪৩ লৈরই। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচেন্তা ২৩ নি। এল পি স্কুল মাপলদা পুম্বা ছাত্র ৫৬৮ তমলমই। চাংচেন্তা চহি অসিদা ছাত্র ৩৩৩ না স্কুল কাখি।

শিক্ষাগী লৈফম মতুংদা শিক্ষাগী স্কুল অমা লিংখৎখি। স্কুল অসি লিংখৎখিবদগী কোনাহৌনা স্কুলদা তমলক্লা গোরখালি অহাংশিং য়াম্না লৌখোকখি। মরম অসিনা কোনখোন স্কুলদা ছত্র মশিং হঙ্গরকখি। চহি অসিদা ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং হেনগৎলক্তবা তসি চহি অসিগী এপ্রিল থাদগী নবেম্বর থা কাবগী মতুংদা লৈখিবা মণিপুরগী হকচাং ফত্তবা মতুংগী মথৎনি হায়না পোলিটিকেল এজেন্টকী রিপোর্টতা য়াওরি। Rev W Pettigrew গী পাউতাক মতুং ইন্না ইন্সপেক্টিং পণ্ডিত অমনা তম্পাকী স্কুল পুম্নমক য়েংশিনমই। থোৌরাং অসি লৌখৎপা মতুংদা Rev W Pettigrew, অনারেরি ইন্সপেক্টরনা মহাকী অরোয়বা স্কুল য়েংশিনবা

খোঙচৎ অমা চৎলমই। মহাক্না স্কুলশিং য়েংশিন্নবা মতুংদা কীবম যাম্না কগৎলে হায়রমই। হৌখিবা চহিদা নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরিক্ষাদা পরিক্ষাদি পাশ তৌরগা বৃত্তিদি ফংহৌরবা ছাত্র তরেৎপু থা থাগী ওইনা পুক্তি, খৌগৎপগী মথ দা লু ২/২ বৃত্তি পীরমই। চহি অসিগী মণিপুর পূম্নমক্কী অপুনবা ছাত্র মশীং ৬১১ নি। চহি অসিদা ষ্টেটনা মহৈ মশিং তম্বদা থাদখিবা খরচ লু ৪৭৬ নি। অকুপ্পা মৎয়াল মথাদা পীরি।

| | | |
|---|---|---|
| (১) জোনংখান স্কুলদা পীবা শেলথং | লু | ৫ |
| (২) এল পি স্কুলগী ওজাগী তনখ | লু | ১৭১৬ |
| (৩( ল্যাইব্রিক অমদি চনচিংবা লৈরবগী | লু | ১১৬১ |
| (৪) স্কুল শঙ | লু | ৪১৭ |
| (৫) ইন্সপেক্সন | লু | ৪ |
| (৬) মথল মথা অমাম্বা খরচ | লু | ৪ ৬ |
| | অপুনবা শু | ৪৭৬ |

### ইং ১৮৯৮ ৯৯

চহি অসিদা থাক্কা অমসুং নিংথৌখাংদা এল পি স্কুল অমমম লিংখৎখি। মরম অসিনা চহি অসিগী অরোম্বদা মণিপুরদা এল পি স্কুল ১১ অমসুং এম ই স্কুল অমা লিংখৎখি। এল পি স্কুল ১১ অসিগী মথুংদা ইম্ফালদা মরি, তম্পাকী খুক্তে, মত্তা অমসুং চীংদা অনিনি। চহি অসিদগী এল পি স্কুলশিংদা বাঙালী লোননা

অতুম তম্বীরম্মই। এম ই স্কুল অমদা ছাত্র ৫৫ তমখি। ছাত্র-অদুনা স্কুল ফীবগী চাংনা ২৯ ১৭ নি। এল পী অঙ্গামথোইদা পুম্না ছাত্র ৮ ৯ লৈখি অদুগা স্কুল ফীবগী চাংনা ৫২৮ ৭৯ ওইখি। জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর মোহেশ্বর দাসনা কয় থাদোকখি বদগী স্কুল অসি হেড মাষ্টর য়াওদনা চৎথরমই। চহি অসিদগী জোনষ্টোন স্কুলদা পীবা সরকারগী মতেং কায়দনা পীরমই। চহি অসিগী অয়াংবা শরুক্তী জোনষ্টোন স্কুলদা হেড মাষ্টর লৈতে হায়না পোলিটিকল এজেন্টকী রিপোর্টতা ইরি। হেড মাষ্টরগী কম অসি বাঙালী শিংনা য়াম্না তোয়না ওই। এল পী স্কুলশিংগী থোক-থাং থুমাং চাওশিনরমই। অহল লমনশিংনা মচা-মচুশিংবু থরায় য়াওনা স্কুলদা থাগৎলই। ছাত্রশিংগী মরক্তা চুরুপ থকপগী হৈনবা লৈরমই।। মতম অদুদা পাই অনিগী চুরুপ অহুম তৌ-রমই। চহি অসিদা থা অনিরোম মণিপুর লীনবা খু না কলেরা তৌখিবদগী ছাত্র য়াম্না স্কুল কায়রদে। চহি অসিদা ইম্ফালগী এল পী স্কুলদা মুপীমচা অনিথক মি চরমই। মরম অসিদা ইং ১৮৯৮ অসি মণিপুরগী মুপীমচা'না নাইরিক তম্বা হৌদোকখিবা চহিনি হায়বদা লাক্লোই। চহি অসিদা উখ্রুল এল পী দা অম্বা ছাত্র ২৩ না ইংরাজি লোন তম্বা হৌখি। Kev William Pettigrew না মিসনগী থবক তৌনা তৌনা মহৈ মশিং তম্বগী থবক্তা থরায় য়াওবা অসি উবদা সরকারনা য়াম্না থাগৎখি। ইম্ফালগী স্কুলদা মুপীমচা অনিনা থিং চমকপা অসিনা সরকারদা মুপীমচা স্কুল অমা হিংখৎনবগী থবক্তা থরায় য়াও-শিনবা হেনহনখি। মরম অসিনা সরকারনা মুপী ওজা অমা

থিরমই। লাইবক থোবনগী চহি অসিদগী মুপী ওজা থিবা ফংদনা তোকখি। Rev W Pettigrew না স্কুল ইন্সপেক্টর ওইনা অহুম মবক পুরমই। ইন্সপেক্তিং পণ্ডিত অমনগী থাগী ওইনা চাং নাইনা ইন্সপেক্সন তৌরমই। চহি অসিদা মণিপুর সরকারনা মহৈ-মশিং তম্ববা থাদবা অপুনবা শেলফম লু ৫৫৬৫ নি। অতুপা মরোল মথাদা পীরি।

| | | |
|---|---|---|
| (১) | তোনষ্টোন স্কুলদা পীবা | লু ৪৮ |
| (২) | এল পি স্কুলশী ওজাশিংগী তনব | লু ২৭৪ |
| (৩) | লাইব্রিক-লাইতা অমসুং চে নচিংবা কৈবদা | লু ৮৬৮ |
| (৪) | স্কুল শঙ | লু ৯৬ |
| (৫) | ইন্সপেক্সন | লু ৫৮৬ |
| (৬) | বৃত্তি পীথিবা | লু ২ |
| (৭) | স্কুলশী কাজ নচিংবা | লু ৪৩৫ |
| (৮) | অতৈ অতৈ | লু ১১ |
| | অপুনবা | লু ৫৫৬৫ |

## ইং ১৮৯৯-১৯০০

চহি অসিদা মুপী ওজা অমা ফংদনা মোইরাংথোমদা স্কুলী মচাগী এল পী স্কুল অমা মতম কুইনা ডাইনরকলবা মতুংদা লিংথংখি। স্কুল অসি হৌবা তুম্বিংতা স্কুলীমচা তরানিথোয মিং চনখি। অতোপ্পা এল পী অমগী ইম্ফাল এরিয়াদা লিংথংখি। স্কুলগী লমদগী এল পী স্কুল অমগা লিংথংতুনা চহি অসিদা পুম্বা মণিপুরদা স্কুল তরামত্তা ওখি। হায়া ইন্সপেক্তিং পণ্ডিত অমা

লৈরবা অদুগী মথক্তা অত্তোয়া মীতৈ মচা ইন্সপেক্তিং পণ্ডিত অমগা অমুক হাপচিন্দুনা ইন্সপেক্তিং পণ্ডিত অনি ওৎখি। মখোয় অনিনা তমগী এল পি স্কুল পুন্নমক য়েংশিন্নমই। মখোয়না থাগী চাং নাইনা স্কুল য়েংশিনবা তোকলমদে। ওনারগি ইন্সপেক্তর Rev W Pettigrew না চৌ, অমস্তুং তম থায়দনা স্কুল পুম্নমক চৎতুনা য়েংশিনখি। মহাক্কা স্কুল অমদা চহি অমগী মতুংদা য়াম-লবদা অহুমলক চৎলমই। মহাক্কা স্কুলগী মরাং অপা অমদি ওক্তা শিংনা লাইব্রিক তম্বীবগী মচৎ মতৌ পুন্নমক কুথা য়েংশিল্লমই। ইং ১৮৯৯ গী ডিসেম্বর থাদা ছাত্রী তম্বানিংথাম থকপা লিংখৎখিবা মোইরাংথোম বালিকা এল পি ইং ১৯ গী মাচ থা লোইরম-দাইদা পুম্না ছাত্রী ৫৩ ওৎখি। এল পি স্কুলশিংগী খোঙথাং য়াম্না কগৎলমই। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংচৎস্তু ফজনা হেনগৎখি। চহি অসিদা জোনষ্টোন এম ই স্কুলদা ছাত্র য়া থৈ তমখি। ছাত্র-শিং অদুনা স্কুল কাবগী চাংনা চা,চৎতা ৬১২৮ নি। এল পি স্কুল তম্নবিরিদা ছাত্র ৯৪৪ তমখি। স্কুল কাবগী চাংনা ৬২৩ ১২ চা'চৎতা ওইখি। মণিপুর টেক্কী নহে-মশিং তম্বগী খরচ লু ৮২৮৬ নি। অকুপ্পা মরোল মখাদা পীরি।

(১) জোনষ্টোন মিডল স্কুলদা শেন্দং পীবা লু ৪৮

(২) ইষ্টাব্লিসমেন্ট তলব লু ৪৭৫

(৩) লাইব্রিক-লাইরিক অমস্তুং চে নচিংবা লৈবদা লু ৭১৫

(৪) ফর্নিচর লৈবদা লু ৫৫৫

(৫) স্কুল শঙ লু ৪৯৯

| | |
|---|---|
| (৬) ইন্সপেক্সন | দু ৪৩২ |
| (৭) বৃত্তি | দু° ৩২০ |
| (৮) মখল মখাগী খরচ | দু ৫৩৫ |
| | অপুনবা দু° ৮২৮৬ |

## ইং ১৯৫০-৫১

ইং ১৯ শী মাচ্চ তাং ৩১ ফ°ওবদা মোইরাংথোম বাজিকা এল পী স্কুলদা পুমা ছাত্রী ৫৩ নৈরমম্বদ্ধ চহি অসিগী জোইরম-মাইদদি ওগী ছাত্রী ২২ থক্তা মাইখি। মসিগী অচোৌবা মরম অমদি মণিপুরদা থেংইদাক হৌদক্তা কৈথেল কাবী ইমা ইবেন-শিংগী মরক্তা মীতৈ মুপীমচাশিংবু ইংবাক্তি খজিক্তা ইবা পাবা ডালকপদা বিলাত্রা লোইনা পুশিনখিগনি হায়রবগী তোকতা অমা কয়া শাম্বাকথিবসিনি। মুপীমচাশি অসি পুশিনখিনবগী মতমদি বিশা৪া লুহাংবা মাব' মুপী মরা কায়না কৈতে। তোকতা অসিগী ফলন' মুপীমচা অমাম্বা স্কুল কাখিত্রে। মহৈ মশিংগী থহক দুবিবা কাডবুনা তোকতা অসি মুথংনবা কয়া হোংনখি। চহি অসিদা খুঙ গা লমদা এল পী অমা লিংখৎখিবগা লোমনা মণিপুরগী এল পী স্কুল ১৫ ওখি। ইম্ফালদা এল পী তরক-খুংগী লমদা তরেৎ চীংদা অনি অমমুং এম°ই°-স্কুল অমগা পুনা মণিপুরগী স্কুল ১৬ ওখি। অপুনবা ছাত্র মশীংনা ১২২৬ নি। ছাত্রশিংনা নোংমগী স্কুল কাবগী চাং চাংচক্তা ৭৭ ৮ নি। চহি অসিদা

হুপীমচা এল পী স্কুলগী শঙ শাবগা লোয়ননা স্কুল অহুমা ওন্না ওইরিবী ওন্না হুপী অহুমা লৈরবা মুম অমস্তু শান্নমই। চহি অসিদা Dr Booth Director of Public Instruction Assam না মণিপুরদা লাকখি। মহাক্না কোনঙৈান স্কুল য়েংলমই। মসিগী লোয়ননা ইম্ফাল অমসুং তমদা লৈরিবা এল পী স্কুল পুম্নমক য়েংখি। মহাক্না ওন্নাশিনা ছাত্র-শাবু তম্মীরিবা মওং মতৌ অহুম য়েংলগা অশোয় অভাব যাওবশিং অমত্তু চুমথোকলমই। মসিগী লোয়ননা অসোনবা পথাপকী শাইবিক মতকীন্তু থাকপীরমই। চহি অসিদা মণিপুর স্টেট্না মহৈ মশিং তম্নগী থবক্কী থাদখিবা শেলকম রু° ১৫, ৭৩৭ নি। হৌখিবা চহিগী কুম অসিনা মহৈ মশিং তম্নগী থবক্কা খ হেন হেনগৎখিবদি কোনঙৈান মিডল ইংলিস স্কুল অমুক শাবা অমসুং হুপীনচা স্কুলগী স্কুলশঙ শাবদগী নি।

## ইং ১৯০১-০২

চহি অসিদা তম্পাক্কী লমদা স্কুল অমগা অমুক লিংখৎন্না পুম্না এল পী স্কুল তম্নাজবন থখি। ইম্ফালদা লৈবা স্কুলশিংগী মরুপদা এম ই স্কুল অমা অমসুং হুপীমচা স্কুল অমস্তু যাওই হায়না Major A E Woods না Administration Report of Political Agent তা ইরমই। মহাক্না মোইরাংথোংবগী হুপীমচা এল পী স্কুলদা ছাত্রী যান্না কাদবগী স্কুল অমস্তু থোকহোন্না মায় পাকপা ওইখিদে হায়নস্তু ইরমই। হুপীমচা স্কুল অহুম্মী ছাত্রী-শিংনা লোয়মনী স্কুল কাবগী চাং ১৮ ৩৯ ওইখি। স্কুল অহুমা

তমলিবী হাত্রীশিং অহুগী তংথায় অমবক্তনা মীতৈ মচা ওইখি। চহি অসিদসু Rev W Pettigrew না ওনারবি ইন্সপেক্টর ওইনা পুখি। মণিপুরগী অপুনবা ছাত্র মশী, চহি অসিদা ১৪২৫ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং নোংমগী চাংচৎত্তা ১৭৮ ৩ মি। *মণিপুর ষ্টেট সরকারনা চহি অসিদা মহৈ-মশিং তক্কনা থাদখিবা অপুনবা শেলকম শু ১৫৫৭ নি।*

মতম অসিদা মণিপুরগী দরবার প্রোসিদিংসদা ইংরাজি লোন শিজিন্নরমলে। মীয়ামা খঙবা য়ানবা ইংরাজিদা ইবা প্রোসিদিংস অদু বাঙ্গালা লোনদা হন্দোকলমই। মসিগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা মথাগী অহুমনা ইরম্বা থেৎনৈ। '৫নি থাংজদা অমুক পুং ১ তাবদা লাং সাহেব চুরাচান্দ মহারাজ দোরবার লেংখোকএ। দোরবার হাওবদি চৈরাপ পঙ্কাইগা অঙম্বা বাবু লুক পুননমক মবু থৌ মত্রি, মবুথৌ মোইরাং নিংথৌ মহাশ৯ ৪ মা লৈবাক পুন্নমক হাওএ। বাদি ইংরাজিদা ইন্না পীখোকলকই। বাঙ্গালানা শিন্দুনা লৈপাক মীয়াম পাক্লনা তায়। "চৈথারোল কুম্বাবা অনিশুবা নবা লমায়—৫৩৮। মুখিং অশি তা, ১৬। ১১। ১৯ ১ ইংনি।

## ইং ১৯০০-০১

চহি অসিদা মণিপুরদা অনৌবা স্কুল অমা কাওবা নৌনা লিংখৎখিদে। স্কুলগী মমীং হৌখিবা চহিগা তপ মাদৈ। ছাত্রশিংনা লোমগী স্কুল কাবগী চাং চাংচৎত্তা ৮৯৭ ১৬ নি। চহি অসিদা ছাত্রশিংমা স্কুল কাবগী মশি য়াম্না হৎখি। মসিগী অচৌবা

মখম অমদি চহি অসিদা সরকারনা মহৈ মশিং তম্বা অসি মমা লোন্দা তমগদবনি হায়না ওর্ডর অমা থোকলমই। বঙ্গালা লোনগী লাইরিকী মহৎতা মীতৈলোনগী লাইরিক অতাংশিংদা য়োরমই। অতাংশিংগী মমা মপানা মচাশিংবু মীতৈলোন তমহন্নোই বঙ্গালা লোন তমহন্নগনি হায়না ছুল কাহনখিত্রে। মখম অসিনা স্কুল পুম-নমক থোক লোম্নুনা লৈখি। মমৈথংদা অতাংশিংগী অহল লময়া ইয়া য়াদবদগী মীতৈলোনগী মহৎতা বঙ্গালা লোন্দা অমুক লাইরিক তমহনখি। মণিপুরদা সুপীমচানা লাইরিক তম্বা অসি মায়পাক্ত বগী মও, অমা লাকপদগী চহি অসি লোইশিনকপদা সুপীমচা ছুল অত্থ থিংজিনবা থমরমই। মণিপুরগী মহারাজহ্ বঙ্গালা লোন্দা লাইরিক তম্বা হোই। মসিগী মতাংগা মরী লৈননা চৈথারোল কুম্বাবদা মথাগী অসুম্না ইরমই, "৬ নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ পূ, ১ তাবদা বাঙ্গালাদা লাইরিক তম্বা হোওএ।" চৈথারোল কুম্বাবা" অনিতথা নম্বা লমায় ৫৪১। ছুমিৎ অসি তাং ৮/১/১৯ ২ ইংনি। চহি অসিদহ্ Rev W Pettigrew না ওনাবদি ইন্স-পেক্টর ওইনা পুখি। মহাকী মথাদা তৌবা উত্রশগী স্কুলদা তম্বা নিপামচা থরদি ইংরাজী কক্না পাবা অমসুং তাংব তমলমই। চহি অসিগী মহৈ মশিং তম্বগী স্টেট সরকারনা থবচ তৌখিবা লেনকম পোলিটিকেল এজেন্টকী রিপোর্টতা উৎলমত্রে।

## ইং ১৯০৩-০৪

চহি অসিদা অনৌবা ইউ পি ছুল অমা অমসুং এল পি স্কুল

অহানিখোয় লিংখৎখি। মণিপুরদা পুম্না ইউ পী; স্কুল অমা, এম ঈ স্কুল অমা অমসুং এল পী স্কুল কুনিপান লৈরমই। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং লোংমদা ১২৫৭ ২২ নি। মতম মুইনা অরামবা লৌদনা মণিপুরগী মহৈ-মশিং তম্বগী থবক্তা থরায় য়াওনা সেবা তৌরকপা Rev W Pettigrew না ওনারগী ইন্সপেক্টরগী ফম থাদোকখিবমই। মহাক তোকখবা মতুংদা শিলেট জিলাদগী মীতৈ মচা তোম্বসিং বি এ বু ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওক স্কুলস হাপলমই। মহাক্কী চহি অসিগী তম্বা লাইবিকশিং মীতৈলোন্দা ইদুনা লে ই-রমই। শ্রী তোম্বসিং মীতৈ মচাগী অহানবা ডি আই নি। চহি অসিদা এল পী স্কুলশিংদা মীতৈলোননা তম্বীনবা হাযরমই। মণি-পুর ষ্টেট্তা থবক তৌবা বঙ্গালী কেরানিশিংনা হায়জখনগী মখোয়গী মচা-মচু তম্বা স্কুল অমা হাংদোকপা হোৎনরমই। মসিগীদমক বঙ্গালী ভদ্রলোকশিংগী কমিটি অমা শেমলমই। মখোয়না লিংখৎক লৌবিবা বঙ্গালী মচাশিংনে তম্বগদবা স্কুল ৫ সিম তম্বা নিপামচানা লুপা অমা অমসুং নুপামচানা অমা নিপান লৌবা হায়মনু লেপরমই। ছাত্রশিং দগী খোমগৎলকপা টিউশন ফী অসিনা স্কুলগী শাল লাওবা কোম্প্রবন্ধ অৱাৎপা শেনকয় অদু ৫ট সরকারনা পুবা হায়মনু দয় কারগা লেপ্নরমই। চহি অসিগা মহৈ মশিং তম্বগী খরচ তৌখিবা অপুনবা শেনকম রু ১৪, ৯৩৫ নি।

## ইং ১৯০৪-০৫

চহি অসিদা মণিপুরদা এম ঈ স্কুল অমা, ইউ পী স্কুল

অমনা ষ্টেট ওফিসতা অমসুং অমনা খুনংগী স্কুল ওফা ওইখি। মতম অদুগী ছাত্রশিংনা লাইরিক থিজিন্না হৈরকপদা স্কুল থা-দোকুনা মশাগী ঙিংনবগীদমক মরখাস ইখনচিংবা থবক তৌনবা লাইরিক তম্বা হেক্তা তোরখি। চহি অসিগী মহৈ-মশিং তম্বগী খরচ লু ২,০০ নি।

## ইং ১৯০৫ ০৬

জোনষ্টোন স্কুল অসি এম ঈ পী থাক ফাওবদা শকথংলবনু চহি অসিদা হায়স্কুলগী ক্লাস অনি হাপকৎলকখি। ইউ পী স্কুল অমা লৈরম্বা অদুসু চহি অসিদা জোনষ্টোন স্কুলদা পুনশিনখি। মরম অসিনা হৌখিবা চহিদা জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্র ৬২ ওইরম-দগী চহি অসিদা ছাত্র ৯৩ দা হেনগৎখি। মহৈ মশিং তম্বদা মী-কোক্তী খরচ লু ৮ ওইরম্বদগী লু ৩ অনা ১ পাই ৩ দা হ্রাসখি। এম ঈ পরিক্ষাদা ছাত্র তরা পরিক্ষা থাবদা ছাত্র মাপন পাস তৌখি। উচ্চ প্রাইমারি পরিক্ষাদা ছাত্র তরানিপান পরিক্ষা থাখি। পরিক্ষা অদুদা ছাত্র অমত্রমদোয় পাস তৌখি। চহি অসিদা স্কুল-শিংদো শিজিন্নবা মপানগী লাইরিক তরানিথোয় মীটেংলোন্দা লু ৫৭৬ অনা ১০ চংবা হন্দোকখি। মতম অসিদা তরা ছাত্র অহাম্বা ইংরাজী মায়া শোরমই। মরমদি ছাত্রশিংনা স্কুলদা নত্তনা ইংরাজী লোন তম্বা অতৈ মতম লৈরমদে। জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর Mr. Winoe না মহৈ লোকলবা খরাম হাকনা হোৎনখি। Colonel

Maxwell না ইং ১৯০৪-০৫ দা সরকার অমদি মৈতৈগী থবক তৌবা মীশিংগী মচা মওশিংগীদমক লিংখৎখিবা বেঙ্গালী স্কুল দুমোও যাম্না চাওখিরমখি হায়রমই। স্কুল অসিদগী চহি পরিক্ষাদা মিপামচা তঙাইনদোব লুপীমচা তরেৎ বাওখি। ছাত্র তঙামগদবা কাৰ্ড ডিভিজনদা অমত্তা ছাত্র অমনা সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। ছাত্র মরীথক স্কুল অসিগী শাইদগী বাংলা ক্লাস কোরদা প্রমোশন পী খি। স্কুল অসিগী থাগী খরচ লু ৬০ নি। হেড মাষ্টরগী তনখাহ্না ৫ অতোপ্পা ওজা অমগীদা লু ২ ওইরমই। থাগী খরচ অসি হুমগী মতুংদা লুপা কুপ্পা মুক্তাগী ফ অদগী কী ওইনা লৌখি। চহি অসিদা অনৌবা এল পী তরামরী লিংখৎখি। তৎ শিংথা না মৈতৈ মচাশিংগী অমত্তং অমম্বা চাংশিংগনি। মীরৈবাক মচাশিং তৌবা স্কুল অমত্তা বংলাতোংবীদা লিংখৎখি। চহি অসিদা মাপপুবগী অপুনবা এল পী স্কুল মশিং ৪৩ নি। অদোমক্তা স্কুল ৩১ অমত্তা চী দা স্কুল ৪ লৈখি।

ডিঙ্ক আই ওক স্কুলশিংগী নখ।দ, ইম্ফালদা স্কুল ওজা স্কুলথক থা মরিগ ক্লাস ইঙ্গ্রজন যাওহনরমই। মখোয় স্কুলগী মতুংদা মাপনথক্তং কোর্স অড্ড লাইবদ ৫ৌবা পরিক্ষা পাস তৌখি। Major J. Shakespear না ওজাশিং মতিক চাদে হায়রদুনা এল পী ওজানা যাদা লু ৭ অমত্তং ইউ পী ওজানা থাদা লু ৯ পীরমই। ওজা তঙাতাঙবাক ইউ পী পরিক্ষা থাখি। মখোয়গী মতুংদা মাপনথক পাস তৌখি। মণিপুরগী স্কুলশিংদা ওজা ওইরিবা ওজাশিংগী মতুংদা ওজা ৩৬ না মণিপুরদা পোকপা মীহুৎনি

২৪ না মণিপুরগী মপান্দগী লাকপা মীওইনি, ৪ না চীংমীনি অমসুং অহুমনা মীয়েৎবাক মচানি। চহি অসিদা ছাত্রশিংগী ব্রুজি পীবদা নু ২২২১ অমা ১ পাই ৫ খরচ তৌখি। প্রজাশিং অসি য়াম্না লায়রবা মরমনা চহি ১৪ শুবগী মতুংদা লাইরিক তমহন্দুনা লৈবা ছাত্র তাকই। ডি আই শিংনা যাম্না হৈ-শিংনা স্কুল মরামত তৌবগী থবক অসি লৈবিবা লম লম অতুগী মীশিংবু তৌহল্লি। স্কুলদা গ্রান্ট ইন-এড পীবগী থবক অসি লৈস্লিবা লম অতুগী প্রজা-শিংগী অপাম্বা অতু থম থেংনবগীদা পীবমই। তোমুসিং ডি আই শী হৈ-শিংবু মীয়াম অমসুং সরকারনা থাগৎলখি।

### ইং ১৯০৬ ০৭

জোনষ্টোন স্কুলদা ছাত্র মশীং যামথৎলকুনা চহি অসিদা স্কুল অসিগী অন্নৌবা কা মরীথক শাবমই। কা মরী অসি শারবা মতুংদা স্কুল অসিগী ছাত্র ২ /২০০ চনবা যাবা কা মশা লৈখি। স্কুল অসিদা জিম্নাষ্টিকপু তম্বা বিষয় অমা ওইনা হাপচিনখি। ১৬ শুবা রাজপুটকী নাইক অমা ইনস্ট্রক্টর ওইনা হাপখি। স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর Mr Wince না মশাকী সুপরিন্টেণ্ডেন্টশিংগী থবকী মথক্তা ইং-লিসকী ক্লাস পূমনমক তমীরমই। জোনষ্টোন স্কুলদা ওজা বি এ অমা, এফ এ অনি, এন্ট্রেন্স অমা, মিডল ভার্নকুলার অমা, ইউ পী (ডাকা) অমা অমসুং হায়স্কুলগী অহানবা ক্লাস অমা পূম্না ওজা অকোন্‌ লৈরমই। হেড মাষ্টরগী তলবনা থাদা নু ১৫০ নি। প্রাইমরী

পীকপা ওজাগী তমবনা শু ২ নি। Rev William Petti-grew না কমা হোৎনখ্রা উপ্রল এমং পী স্কুল অমা এম ই স্কুলগী থাক কাওবা মৌনা ক্লাস হাপখ্‌খি। চহি অসিদা বাবুপাড়াদা লৈবা বঙ্গালীশিংনা অকনবা থৌদাং লৌদুনা বেঙ্গালী এম ই স্কুল লিংখৎখি। তম্পাকতসু এমং পীং স্কুল মপান লিংখৎখি। হুপীমচা স্কুল অমা সংস্কৃত টোল অমগা ইম্ফালদা হাংখি। হুপীমচাশিংবু এমং পী স্কুলদা তম্বা বিষয় পুম্নমক তমহনবগা লোয়ননা কী শাবা অমসুং লোনবা তম্বীবমই। হুপীমচা স্কুল অসিগী মখাদা লৈবী অরাংবা থাকী হুপী অমনা টেক্নিকল ইন্সট্রকসন পীবদা হুপস তাইজ তৌবীগে হায়না খাবমই। হুপী অসিগী মমিং রাজকুমারি ও বী কমলিনি দেবী কৌই। সংস্কৃত টোলশিংদা বামোন মচাশিংনা এমং পী স্কুলগী বিষয়শি মথক্তা সংস্কৃতসু তমলমই। অরাংবা ক্লাসতসু সংস্কৃত তমলমই। চহি অসিদা অনৌবা তাংখুল স্কুল অকক অমসুং হুকি স্কুল মরীদ লিংখৎলি। তাংখুলগী স্কুল নিপানগী মখুৎদা তাবৎনা তাংখুল ওজানা তম্বীবনি। স্কুল অমনা Rev William Pettigrew গী মখাদা লৈবনি। চীংগী অচৌবা খুংশিংদগী নিপামচা অনি অনি চহি খুদিংগী প্যাওতাক লৌনবা উৎপ্লদা থাবকপা হায়রবা থৌরাং অমা পায়খৎখি। মদু তংখায়দমক মহৈ য়ানখি। আইজলদা চৎতুনা সরকারগী স্কুলশিংদা মহৈ তমজবা কুকি মচাশিংদা মখোয় মখোয়গী লমদা মখোয়না তমজবা মহৈশিং অদু অমুক হন্না অতোপ্পা কুকি মচাশিংদা তম্বীনবা থাদা লুপা মঙা মঙা পীরমই।

চহি অমদা বেঙ্গালী ভূলদা নিপামচা ভরামঙা অমসুং ভুপী-মচা নিপান পরিক্ষা থাবদা নিপামচা মাপন অমসুং ভুপীমচা মঙা ফাষ্ট ডিভিজনদা, নিপামচা অনি অমসুং ভুপীমচা অমা সেকেণ্ড ডি-ভিজনদা। অমসুং নিপা মচা অনি অমসুং ভুপীমচা অমা থার্ড ডিভি-জনদা পাস তৌখি । সরকারনা ভুলশিংদো মার্ক ময়ক মাওবা কে মশিং পীরমই । ওজাশিংনা মতু অতাংশিংদা অক আকপা মতমদা শিজিলরমই । চহি অসিদা এম পী ভুল ওজা ৮১ দৈথি । ওজা মচানা মীতৈনি, ভুলনা মণিপুরগী বাংমদা পোকপা মীতৈনি, অনিনা চীংমীনি অমসু অহুমনা মীরৈবাক মচানি । ওজাশিংগী মহৈশী থাকন। এণ্ট্রেন্স অমা, মিডল ভান ভুলর অমা, ইউ পী ভুল মাইনরদায়, এম পে ভুল নিপান, সংস্কৃত অমা অমসু, সার্টিফি-কেট পায়দবা ভরেংনি । এম পী পরিক্ষাদা ছাত্র ১০২ পরি-ক্ষা থায় । ছাত্র মরিমুক্তমদোয় পাস তৌখি । ফাষ্ট ডিভিজনদা ২৫, সেকেণ্ড ডিভিজনদা ৩২ অমসুং থার্ড ডিভিজনদা ২৬ পাস তৌ-বনি । ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ৪৩ পরিক্ষা থাংখি । ছাত্র ১১ না ফাষ্ট, ১৩ না সেকেণ্ড অমসুং ৩ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি । ছাত্র ভর ভরক ফেল ওইখি । পরিক্ষা অসিদা কোনষ্টোন ভুলনা ছাত্র ভুন থাগৎলি । মথোয়গী মতুংদা অহুমবক্তা ফেল ওইখি ।

ভুলংদা লৈবা ভুলশিংনা ভুলগী মাংশিনা লেম-লাবথী থবক য়েংশিনি অতুগা ইংলান্দগী ভুলনা মরকানবা য়েংশিনি । ভুলশিং য়েংশিনবগী থবক্তা ইন্সপেক্টর ভুলনা ডিঃ আই মা অমসুং ভুলগী ভুলনা ইনস্পেক্টিং পণ্ডিত অনিমা তৌরমই । সরকারনা

স্কুলশিংদা লাইব্রেরি পীহনা লাইব্রেরি চম্লাগ্নরমই। জোনষ্টোন স্কুলদা তম্বা ছাত্রশিংদা বৃত্তি পীবদা দু ২০০৫ থরচ তৌখি। জোনষ্টোন স্কুলগী হান্নগী ছাত্র দাম্বেম বিজয়বু ডাক্তর টেক্নিকেল স্কুলদা তমনবগীদমক থাদা দু ২৫/২৫ বৃত্তি পীরমই। মতম আসগী মণিপুরদা মহৈ মশিং তঙ্গা চাওখৎনবা হোৎনবদা অর্টোবা খৌদাং লৌখিবদি ডিঃ আই তোম্বুবাবুনি। চহি অসিদা মণিপুরদা এম ঈ স্কুল অহম লৈখি।

## ইং ১৯০৭- ০৮

ইং ১৯০৭ কী মে তাং ১৫ দা চুরাচান্দ মহারাজনা মণিপুর দরবারগী প্রেসিদেন্ট ওইখি। মহাক আকমীরদা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং মতিক চানা কলমই। মহাক্না দরবারদা মমালোন মী-তৈলোনবু এল পী স্কুলশিংদা তঙীগদবনি হায়বা বারেপ অমা তারমই। মতম অসিদা জোনষ্টোন স্কুলগী কমিটি মেম্বরদি পোলিটিকেল এজেন্টনা সেক্রেটরি ওইরগা দরবার মেম্বর অনিহু য়াওরমই। মহারাজনা থবায় হকচাং য়াওনা স্কুল অসিবু চাওখৎনবা হোৎনরমই। ডি আই তোম্বুবাবুনা অপামগী ডিপুটি কলেক্টর ওইখিবদগী মণিপুরগী ডি আই গী মফ অসি থাদোকখি। মহাক্না ডি আইঃ গী কম থাদোকখবদা কছাড়ী মীতৈমচা চান্দম ওলাপ সিংহনা ডি আই ওক স্কুলস ওইখি। চহি অসিদা জোনষ্টোন স্কুলদা কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি এ অমা ওজা ওইনা হাপলকখি। মহাক্না স্কুল অসিগী তঙীবগী থবক্তা মজে য়াম্না পাংখি। হেড

ইবা পাবা হৈহন্দুনা হেটকী সাহিত্যসতা পীথন অমসুং কন্টেক্ত ওইহনবদা মতিক চানবা হোৎনরমই। খা থংবা মাইকেরোমদা কুকি খুনং অনিনা মখোয়গী খুন্দা স্কুল লিংবীয় হায়না সরকারদা দরখাস থারকখি। মাদুন কুকি অংকী নিপামচা অহুমনা ওপমদা লৈবা স্কুলদা লাইরিক তম্বা বৃত্তি পীবীয় হায়না হায়জরকলমই। মরম অসিনা মখোয়দা থাগী অপিকপা থাইপেও পীরমই।

খুন্দা লৈবা স্কুলশিংগী খুন্‌গী মীশিংনা লেম-শাৱমই। থবক অসিদা ডি আই না মতেং পাংলমই। ইম্ফালগী স্কুল শঙনা হৈট ইঞ্জিনিয়ারনা হেংশিল্লমই। ইং ১৯ ৭ কী এপ্রিল তা, ১ দগী ডি আই ও স্কুলস ওইনা থবক পুখিবা বাবু গুলাপসিংনা দরবারগী ইডুকেশন মেম্বরগী মখাদা লৈবা স্কুলশিং য়েংশিল্লমই। চাংগী স্কুল পুরমক্তা দরবারগী ভাইস প্রেসিডেন্টকী মখাদা লৈখি।

## ইং ১৯০৮-০৯

জোনষ্টোন স্কুলদা হায়স্কুলগী ক্লাস তঙাইহনা পুম্না হায়স্কুলগী ক্লাসতা ছাত্র তরানিথোয় লৈখি। স্কুল অসিগী ছাত্র ২১৫ গী মধুংদা ৫৬ না বৃত্তি ফংবা, ৩২ না ফ্রি ষ্টুডেন্ট অমসুং ১২৭ না টিউসন ফী পীবা ছাত্রনি। হৌখিবা চহিদা সিলেটতা এন্ট্রেন্স পরিক্ষা থাখিবা ছাত্র অনিমক পাস তৌখি। মখোয় অনিগী মধুংদা অমদি ঢাকা কলেজদা লাইরিক মথা তমথনবা থাদাদু ১০/১০ গী বৃত্তি পীখি। হৌখিবা চহিদা সরকারনা পৈশা থরা পীবা অহুগা খুনগী

মীনা কৌ পীদুনা লিংখৎখিবা স্কুলশিং অদু ককনা চৎথখি। মরম অসিনা মতুংদা এজেঃ পী স্কুল লিংখৎপা তাববদি মতুংগী মওংদা লিংখৎনবা হোৎনবনই। মণিপুরগী অপুনবা এলঃ পী স্কুল মশীং ৫৪ নি। ইং ১৯০৯ গী মার্চ তাং ৩১ ফাওবদা ছাত্র ২৮৬১ তমখি। এল পীঃ স্কুলগী ওজা মশী না ১০১ নি। মখোয়গী মনুংদা ৭৭ না মণিপুরদা পোকপা মীতৈনি, ১৭ না মণিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈনি অমসুং ৩ না মীবৈবাক মচানি। এল পীঃ পরিক্ষাদা ছাত্র ১৭৮ থাওই। ছাত্র ১১৮ পাস তৌখি। পাস তৌখিবা ছাত্রশি অদু ফস্ট মাখোয়না কার্ট, নিফুমাখোয়না সেকেণ্ড অমসুং নিপুক্তক্কা থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখনি। ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ৪৮ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ২৬ পাস তৌখি। ছাত্র তকক্কা ফার্ষ্ট মাপননা সেকেণ্ড অমসুং মঙানা থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌবনি। ইস্কালদা লৈবা মুপীমচা স্কুল অদু চা,চৎতা নোংমগী কাবগী চা, ৯ ২ ওইখি। বঙালী স্কুলগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ২১ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৯ পাস তৌখি। ছাত্র ১৫ না ফার্ষ্ট, ১না সেকেণ্ড অমসুং অহুমনা থাড ডিভিজনদা পাস তৌবনি। স্কুল অসিগী চহিগী খরচ রু ৮৪৫ ওইবদা রু ২৬ না ছাত্রশিংনা পীবা টিউসন ফীগী থোমগৎলি।

চহি অসিদা ছাত্রশিংদা বৃত্তি পীবদা রু ২৭৮২ খরচ তৌখি। ছাত্র অমবু সিলেটতা এন্ট্রেন্স পরিক্ষা থানবগীদমক দাইরিক তমবা বৃত্তি পীদুনা থাখি। হৌখিবা চহিদা পঞ্জাবী উত্তবা ওজা অমা হায়গা হৌখিবা টেকনিকেল স্কুল অদু ওজা অদুনা থবক থাদোক্তনা

চংখিবদগী ওজা লৈতহ্রনা স্কুল অহু য়ুংখি। উখ্রুলদা স্কুল মাপন লৈখিবা অহুনী মহুদা Rev W Pettigrew গী মখাদা লৈবা স্কুল অহুদগী থোরকপা ছাত্র কয়ামুক্তা ষ্টেটকী পীওন অমস্রং স্কুল ওজা ওইখি। উখ্রুল লমদমদা মীতৈলোন অহানবা তম্বগী মহুত্তা তাংখুল লোন হায়া তম্বনা কৈ হায়না William Pettigrew না মত্ত পীরমই। অবাংথংবা চীংদা লৈবা মীশিংনা মখোয় মখোয়গী খুলদা স্কুল অময়ম লৈবদা চাওথোকচরনই। লাইবক থীবদি স্কুল-শিং অহু চহি অমরোম কারবা মতুংদা ছাত্র হেক্তা লৈরক্তে। মরম অসিনা মরামদা লৈবা স্কুল অমা চহি লোইরকপদা থিংজিনখিরমই। লুসাইগী ওয়খৈদা কুকিগী স্কুল মরীথক লৈরমই। চহি অসিদা কুকি স্কুল অনি উথাইরগা অনোবা স্কুল অনিথক অতৈ অতোপ্পা খুল-শিংদা লিংখৎখি। চীংগী স্কুলগী চহি অসি থরচগী লু ৩ ৯ ওইখি। দরবার ইডুকেসন মেম্বরগী মখাদা মণিপুর তম্পাকী স্কুল পুমনমক লৈরমই। ডি আই না মহাকী ইন্সপেক্তিং পণ্ডিত অনিগা লোয়-ননা য়ায়া কয়না স্কুলশিং য়েংশিনখি। মহাকা খুলগী খুলমীশিংগা মরী লৈনহনা স্কুলগী শেমজিন শাজিনবগী থবক তৌই।

## ইং ১৯০৯ ৮০

চহি অসিদা অসাম তম্পাক অমসুং চীংগী জিলাগী ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস Mr T O Dun না থোনট্টোন স্কুল, উখ্রুল স্কুল, কোলাগী স্কুল অমসুং অতৈ এনাও পীং স্কুলশিং য়েংশিনমই। মহাকা

মীতৈ নিপামচাশিংগী হৈ শিংলবা অমসুং পরিক্ষাগী ফলদা পেম্লি হাগনা ইন্সপেক্সন রিপোর্টতা ইরমই। জোনাষ্টান এমও ঈ তুলদা তম্বা ছাত্রশিংগী মহুংদা ছাত্র ২৫ না মীতৈ, ১১ না মীতৈ পাঙল, ২ না চীংমী অমসুং অমনা অতোপ্পা জাৎনি। চহি অসিদা খের গাওদা মগ্রাশা অমা লিংখৎখি। মসিগা পুন্না মণিপুরদা মগ্রাশা অহুম তুখি। Mr T O Dun, ইন্সপেক্টরনা মহাক্কী রিপোর্টতা ইন্সপেক্সন, ষ্টাপ অমসুং, ওজাশিংবু ত্রেনিঙ পীনবা রাকম পরমই। চহি অসিদা মেত্রিক পরিক্ষা পীবা য়াবা মাত্র অমা জোনষ্টোন স্কুলদা ওইবা লোইবগনা চহি অসিদা ছাত্র অসি প্রাইভেট ওইনা শিলেট সেন্তরদা মেত্রিক পরিক্ষা থাখি। ছাত্র অসিগী খরচ পুম্নমক সরকারনা পুরমই। পরিক্ষা অসিদা ছাত্র অসি য়াম্না ফজনা পাশ তৌখি। ছাত্র অসিনা মণিপুরদা অমগা মেত্রিক থাদুনা পাশ তৌবা অহানবা মীশক ওইখি। ছাত্র অসিদা থা থাগী ওইনা ইম্পিরিয়েল গর্ভনমেন্টকী স্কোলরসিপ রু ১/১ পীখি। চহি অসিদা মণিপুরগী প্রজাশিংনা মচা মগুশিংবু লাইরিক তমহন্নিংবগী বাখল হেন্না লাক্লকপদগী মণিপুরদা এল পী স্কুল মশিং য়াম্না লিংখৎখি। সরকারদা প্রজানা স্কুল লিংখৎপীদু হায়জরকপদগী চাংয়েং ওইনা থাবা রু ৩/০ পীবা সিজ্জল চিংর স্কুল অহুম লিংখৎখি। চহি অসিদা মীতৈলোনগী অহানবা লাইরিক শ্রী মকরনা ইবা অমসুং মীতৈলোনগী অনিশুবা লাইরিক শ্রী মৃনালনা ইবা লাইরিক অসিহু মখং মখং থোরকপা হৌখি। মণিপুরদা ওজা ১৮ লৈখি। ওজা ৮২ মণিপুরদা পোকপা মীতৈ, ১৭ না মণিপুরগী মপাল্লা

পোকপা মীতৈ, ৬ না মীতৈ পাঙল অমসুং ৩ না মীবৈবাক মচানি। ওজাশিংগী মহৈগী থাক্তী ওজা অনিনা মিডল ইংলিস সার্টিফিকেট, হুফ্‌না ইউ পী সার্টিফিকেট, কুম্‌মঙানা এল পী সার্টিফিকেট অমনা সংস্কৃত অমসুং অহুমনা পারশিয়ান সার্টিফিকেট পাযবনি। চহি অসিগী বৃত্তি পীবদা লু ২৪৮৫ খবচ তৌখি। চহি অসিদা ইম্ফালদা লৈবা স্কুলশি দা জীথ্ব কুমা হৌখি। মণিপুরগী অপুনবা ছাত্র মশী, ৩৯ ১ নি। চহি অসিদা মণিপুবগী মহৈ-মশিং তম্বদা থাদখিবা শেনফম লু ২৬২৪৩ নি। চীংগী স্কুলশিংগী অপুনবা খরচ লুঃ ৩৪৩৯ নি।

## ইং ১৯১০ ১১

চহি অসি মণিপুবগী মহৈ-মশি তম্বগী ইতিহাসতা যাম্না মরুওইবা চহি ওইখি। মরমদি চহি অসিদা মণিপুরগী "ইডুকেশন ওফিস লিংথৎখি। মণিপুর দরবারনা ইম্ফালদা মপুঙফাবা হায়-স্কুল অমা থমনবা জে নটৌন কুশবু হায়স্কুলগা থাক্তা ওনথৎনবা বাবেপ লৌরনই। ছাত্র খরগীদমক খবচ যাম্না চঙনা তৌগদবা থবক ওইবনা মসি পাক হেক পাঙথোকপা যাবমদে। থোইদোক হেম্লোক্পা কনাগুম্বা ছাত্রনা পৈশা খরদ, চঙনা মণিপুবগী মপান্দা মেত্রিক থানবগীদমক তমগদৌবিবা ক্লাস অসি লোইথোকপা যাউ। চহি অসিদা জোনষ্টোন স্কুলদা ছাত্র ২২৭ তমখি। ছাত্র ২১৪ না মীতৈ, ৫ না মীতৈ পাঙল ২না চীংমী অমসুং ৬ না মীবৈ-বাক মচানি। জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রশিংনা লোংমদা কাবগী

চাং চাংচংবা ২৫৩৫৮ নি। স্কুল অসিদা মিং চনবা মতমদা এল পী" বৃত্তি পরিক্ষাদা কার্ড ডিভিজনদা পাস তৌবখ্রবা চনহল্লমই। সেকেণ্ড অমসুং থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌবা ছাত্রশিংবু অমহল্লবা মোইবা,খোম ইউ পী স্কুল অসি মোনটৌন স্কুলগী মশা অমা ওইনা থাইদোকলমই। চহি অসিমক্তা স্কুল অসি সরকারনা লৌ" শিনখি। চীংদা এল" পী ৮ অমসুং তমদা এল" পী ৬২ লৈখি। ইং ১৯১৭ গী মার্চ তাং ৩১ কাওবদা ছাত্র নিপামচা ৪১৪৫ অমসুং নুপীমচা ৩৩ লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচংবা ২৯৭৮৬২ নি। তম্পাক্কী এল পী স্কুল ৬২ গী মনুংদা মক্তাব ৪০ সংস্কৃত টোল ১ অমসুং নুপীমচা স্কুল অমসু যাওরমই। স্কুলশিং অসিগী মনুংদগী স্কুল অমখক্তদদি হিন্দি লোন্দা লাইরিক তম্বীরমই। মসি হিন্দি লোনবা মীশিংগী কান্নবগীদমককনি। এল পী ওজা ১২৭ লৈখি। ওজা ১৪ না মণিপুরদা পোকপা মীতৈনি। ৭ না মনিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈমচানি ১১ না মীতৈ পাঙলনি অমসুং ৩ না মীবৈবাক মচানি। ওজাশিংগী মনুংদা অমদি মেত্রিক থকী অহানবা ক্লাস (নাইন) ফংওবা ওম্বনি। ২ না এম ঈ সার্টিফিকেট ১ না নোর্মেল স্কুল সর্টিফিকেট, ৬৫ না ইউ পী" সার্টিফিকেট, ৪৪ না এল"পী সার্টিফিকেট অমসুং ৬না পার্শিয়ান সার্টিফিকেট পায়বনি। ছাত্র অনিথক শিংলটকা মেত্রিকী ক্লাস অহল্লগা পরিক্ষা থাননবা বৃত্তি পীবগী মথক্তা ছাত্র অমবুসু ডাকা কলেজদা আই এ তমবগীদমক্তসু বৃত্তি পীখি। চহি অসিদা সিঙ্গল টিচর স্কুল তরা অমা অমুক লিংথংহনা মনিপুরদা সিঙ্গল টিচর স্কুল

১৩ ওখি। চহি অসিদা মণিপুরগী অপুনবা স্কুল মশীং ৭৩নি। মণিপুরদা ইউরোপী স্কুল লৈরকপা অসি চহি অসিদগী হৌখি। জোনষ্টোন স্কুলদু চেকনা ককলাং ওইরগা মথক্তা থিজিনা হুপলমই। ইম্ফালগী থিজিনবা কুপা স্কুল পুম্মক সরকারনা লৌশিল্লি। চহি অসিদা খুল গী লমদা খুদম্বী মীনা স্কুলশিং ১৩ শাগ্রমই। এমঃ ঈ স্কুলশিং অসি সরকারনা পীবা গ্রান্ট ইন এড অমসুং ছাত্রগী ফীনা চলাইরমই। উখ্রুল এম ঈ স্কুলখক্তদি হৈটনা খরচ লোয়নবা পুই। স্কুল অসিগী ছাত্রদগীদি টিউসন ফী লৌদে। ইউ পী স্কুলদা তম্বা ছাত্রদগী ফী খরা খরা লৌই। মহৈ হৈটে ফঙদা চং শিল্লমই। চহি অসিদা ছাত্রদগী কারকপা ফী অসি লুপা ৭৪ নি। মণিপুর হৈটনা চহি অসিদা মহৈ মশিং তম্বদা থাদখিবা অপুনবা শেনফম লুপা ৩৩'৪ নি। মসিগী মরুপদা লুপা ৪৫৫১ না চৌংগী মহৈ-মশিং তম্বগী খরচনি।

## ইং ১৯১১-১২

ইং ১৯১২ গী মার্চ তাং ৩১ থাওবদা জোনষ্টোন স্কুলদা ছাত্র ২২৭ তমখি। ছাত্র ২১৬না মীতৈ, ৪ না মীতৈ পাঙল অমসুং ৬ না মীয়ামবাক মচানি। এম ঈ স্কুল অহুমগী চাংচংতা স্কুল কাবগী চাং অসি জোনষ্টোনগা ২০৫ ৫ বেঙ্গালী স্কুলদা নিপামচানা ৫৬ ৩, মুপী-মচানা ১'২০ উখ্রুল স্কুলদনা ৬৬ ০৩ ওইখি। জোনষ্টোন স্কুলদগী ছাত্র অনি শিলচর হাইস্কুলদা মেট্রিক থানবা তম্বা থাখি। ছাত্র

অনিহংগী মনুংদা ছাত্র অমখক্তং স্কুল অহুনা লৌবা টেষ্ট পরিক্ষাদা পাস তৌহনা মেট্রিকী অরোয়বা পরিক্ষা থাখি। ডাকা কলেজদা আই এস তম্বা ছাত্র অনি, ডিব্রুগড়গী বেরি বাইট মেডিকেল স্কুলদা ডাক্তর তম্বা হাএ অমা বৃত্তি পীহনা থাখি। চহি অনি-দগী স্কুল খুদিংদা ইন্সপেক্সন কোর্ম অমমম য়েংথোকখি। অনৌবা কোর্ম অসিনা মথক থাংবশিংনা ইন্সপেক্সন তৌরিবা টাইম, কক্না চেকশিন্না থেংশিনবা ঙমই। ইস্কালগী ইউ পী স্কুল অমা লৈবা অহুনা এল পী পরিক্ষাদা সেকেণ্ড অমসুং থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌবা মথৌ তমহল্লি। মণিপুরগী এল পী অমসুং ইউ পী স্কুল-শিংদা লৈখিবা ছাত্র মশীং নিপামচানা ৪৪৪৮ অমসুং নুপীমচানা ২৩ নি। ছাত্রশিংনা নোংমগী স্কুল কাবগী চাং চাংদংতা ৩৩৫৪ ৯৯ নি। কুম অসিগী এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা পুন্না ছাত্র ২৩৭ পরিক্ষা থাখি। পরিক্ষা অহুদা ছাত্র ১৩৯ পাস তৌখি। ছাত্র ৭১ না ফার্ষ্ট, ৬১ না সেকেণ্ড অমসুং ৭ না থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ইউঃপী পরিক্ষাদা ছাত্র ৭৮ থাবদা ছাত্র ১৯ না ফার্ষ্ট, ৭ না সেকেণ্ড অমসুং ৩ না থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি।

চহি অসিদা ঙম্পাকী এল পী স্কুল ওন্না ১৩২ লৈখি। ওন্না চামনা মণিপুরদা পোকপা মীতৈ, তরাতরেংনা মণিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈ, তরানিথোয়না মীতৈ পাঙন অমসুং অহমনা মী-লৈবাক মচানি। ওন্না অমনা মেট্রিক থাকী অহমগুবা ক্লাসনি। ওন্নাশিংগী মনুংদা এমংঙ্গ সার্টিফিকেট ৮৬, নোর্মেল সার্টিফিকেট ১, ইউঃপীঃ সার্টিফিকেট ৮৪, এল পী, সার্টিফিকেট ৩৫, পাশিগ্রান

সার্টিফিকেট ৭ পায়বা মীওইনি। মপাঁমচা স্কুলগী ওজা অতৃদি সার্টিফিকেট পায়দে। মহাক এল পী গী থাক কাওবদি তম্বা ওই-রমই। চহি অসিদগী মণিপুরগী স্কুলশিংদা ফিজিকেল ইডুকেশনবু বিষয় অমা ওইনা তম্বা হৌখি। এল পী স্কুলগী ছাত্র নিপামচা-শিংদা 'দেশী কাসরত'' তৌহলমই। ইউ পী অমসুং এল পী স্কুলদা জিমনাস্তিক তম্বীরমই। মসিগা মরি লৈননা ইউঃ পী স্কুল-শিংদা জিমনাস্তিকী মপোৎ মচৈ সরকারনা পীখখি। জোন-ষ্টোন স্কুলদসু জিমনাস্তিকী ওজা অমা হাপ্লনা ছাত্রশিংবু হকচাং শাজেল চাং নাইনা তম্বীবা হৌখি। চহি অসিদা মণিপুরদা স্কুল স্তুফ্ তরানিপান লৈখি। হৌখিবা চহিদা অরাংগী চীংদা স্কুল তরেৎ লৈবমা অমু চহি অসিদা ছাত্র শাখীনা কাদবদগী স্কুল অহুম মুথৎ-খি। চহি অসি লোইবকপদা অরাংচীংগী স্কুল মরী মুথৎখি। ইম্ফাল অমসুং উখ্রুলগী স্কুলশিংস্টেটনা শেমজিন শাজিনবগী থবক তৌরমই। ইম্ফালগী মপান্দা লৈবা স্কুলশু নিপান খুলগী মীশিংনা শাজরমই। তম্পাক্কী স্কুলশু শেম-শাবগী থবকসু লম অহুগী মীনা তৌরমই। চহি অসিগী নহৈ মশিং তম্বদা সরকারনা থাদখিবা শেলফমদি পুন্না লু ৩৬,৯৩৬ নি। চীংগী স্কুলথক্তদা খরচ তৌবনা লু ৫ ৪৬ নি।

## ইং ১৯১২-১৩

চহি অসিদা জোনষ্টোন স্কুলগী রোলদা ছাত্র ২২৬ লৈখি। মখোয়গী মসুদো ২১৬ না মীতৈ, ৩ না মীতৈ পাঙল, ১ না কবুই

চাংবী, ১ না লম অমিগী খৃষ্টান ধর্ম চৎপা মী অমত্তা ৫ না মীরৈ-বাক মচানি। ছাত্রশিংনা নোংমদা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা তোন থৌন স্কুলদা ২ ৯ ২৭, বেঙ্গালী স্কুলদা ৫৪ ৬ অমসুং উর্দু স্কুলদা ৬১ ৯৯ নি। এল পী স্কুলগী মশী.দি হৌখিবা চহিগা চপ মাৎলে। তা স্কুলগী মমদা হৌখিবা চহিদা স্কুল অমক থীংজিনবখন্ত্র চহি অসিদা অনৌবা স্কুল মরী অমগা অমুক লিংখৎখি। মণিপুরদা লৈবা এল পী অমসুং ইউ পী স্কুলশিংগী অপুনবা ছাত্র মশীং নিপামচানা ৫ ২২ অমসুং নুপীমচানা ৩৯ নি। মসি হি ১৯১৩ খৃ মার্চ তাং ৩১ ফাওবদা লৈবা মশী নি। অম্পাকী প্রাইমারি স্কুলশিংদা পুম্নমক ওজা ১৩৮ লৈখি। মখোয়গী মধ্যদা ১ ৬ না মণিপুরদা পোকপা মীতৈ ১৭ না মণিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈ, ১৩ না মীতৈ পাঙল অমসুং ৩ না মীরৈবাক মচানি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৪৭ থাবদা ছাত্র ৬৪ না ফার্ষ্ট ৩৫ না সেকেণ্ড অমসুং ২১ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী (ইংলিস) পরিক্ষাদা ছাত্র ৭২ পরিক্ষা থাখি। ছাত্রশিং অদুগী মধ্যদা ফুস্ট্রামশীনা থা১৪, তরানা সেকেণ্ড অমসুং অমনা থার্ড ডি-ভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী (ভার্নাকুলর) পরিক্ষাদা ছাত্র ফুষ্ট্রা পরিক্ষা থাই। মখোয়গী মধ্যদা অমনা ফার্ষ্ট, অনিনা সেকেণ্ড অমসুং মরীনা থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী (ভার্নাকুলর) পরিক্ষা অসিদা য়াওখিবা মীওই খুদিংমক এল, পী, স্কুলগী ওজানি।

চহি অসিদা ছাত্র অহমথক সিলেট গোভর্ণমেণ্ট হায়স্কুলদা

মেট্রিক থাহনুই । মখোয়গী মছুংদা ছাত্র অমা পাস তৌখি । চহি অসিদা আই এ তাবা ছাত্র অনি, ও তম্রু তৌবা ছাত্র অমা মণিপুরগী মপান্দা তোলরসিপ পীদুনা থাখি । মণিপুর সরকারনা মেট্রিক পাস তৌরবা মছুংদা অফবা ছাত্রশিংবু অবাংবা থাকী মহৈ-মশিং অমসুং টেক্নিকেল ইডুকেশন তম্বা ছাত্রশিংদা বৃত্তি পীবগী চাংদু হৌনগংনবা থমমই । ইন্সপেক্টোং পণ্ডিত হায়না কৌনরবা কম অহু সব ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস হায়না কৌনখি । ডি আই অমসুং এস আই শিংনা স্কুল য়েংশিনবগী মথক্তা দরবারগী ইডুকেশন মেম্বরনা স্কুলশিং পুম্নমক তোয়না য়েংশিনবা হৌখি । মোচাম্দপুর ইউ পী, স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরম্বা শ্রী লাইকংবম পবিত্রীতম্ভু চৌংপী এস আই ওইনা হাপখি । মহাক্না চাংগী লমদমদা লৈবা স্কুলশিং য়েংশিনবা হায়া চাংগী এস আই অহানবনি । আরিথাটিতা মতম থরগী ওইনা এস আইনা অমনা স্কুল হাংদোকপগী থৌ-রাং তৌনবা শিনখি । এস আই অমুনা কনা হোংনহুনা চহি অসিমক্তদা ডীরিথাটক্তা এম পী স্কুল অমা লিংখৎখি ।

এম পী পরিক্ষা পাস তৌরবা চাংগী ছাত্রশিং তম্নবা তমবী এমঃ ইঃ অমসুং ইউ পীঃ স্কুলশিংদা তম্নম থাক্নুনা থনমই । অহানবদগি অঙাংশিংবু লাইব্রিক তমহল্লিনেবা লাইবিক মেট, মুক অমসুং কলমনচিংবা লেমা য়েনমই । মসিগী চৎনবী মথক্ত অসি হৌং ১৯১২ দগীদি তম্পাকী স্কুলশিংদদি চৎনখিরে । চহি অসিদা অনৌবা জিমনাস্টিকী শঙ্ অমা ইউঃ পী স্কুল অমগী শারমই । মৈতৈ সরকারনা বেঙ্গালী স্কুলগী লেঙবা স্কুল শঙ্ অমা শাবদা চঙগদবা

লুপা লিশি, অনিগী মচুংদা লুপা লিশিং অমা পীখি। ইস্কুলগী মপান্দা খুলশীশিংনা স্কুল শঙ অমি শাগ্রমই। উঙ্কলগী স্কুলগী ৮০- গদবা খরচ তংথোর অমা স্কুল অনিগী হেড মাষ্টর U M Fox না আমেরিকন বেপটিশ মিশনদগী পুথোকলমই। জোনষ্টোন স্কুলগী কম্পাউণ্ডদা পাক-চাওরবা কা অনিগী লাইব্রেরি শঙ অমা শাগ্রমই। চহি অসিদা ষ্টেট সরকারনা মহৈ মশিং তম্বদা খরচ তৌখিবা লুঃ ৩৮৬১৩ নি।

## ইং ১৯১৩ ১৪

মণিপুরগী অমত্তা থাইরবা জোনষ্টোন হায়স্কুল রিকোগনিশন ফংদনা লৈরমই। ইং ১৯১৪ গী মার্চ তাং ৩১ কাওবদা স্কুল অসিদা পুম্না ছাত্র ২৪৪ তমখি। ছাত্র ২৩৮ না মীতৈ, ২ না মীতৈ পাঙল অমসুং ৪ না মৈবৈবাক মচানি। মেট্রিক পরিক্ষা থাগদবা ছাত্র অমুমথক শিলেট গোভন মেন্ট হায়স্কুলদা তমহনখি। মথোগ্র অমুম্থক শিলেট সেন্তরদা মেট্রিক পরিক্ষা থাগদবনি। লাইবক থীবদগী ছাত্র অমদি পরিক্ষা মচুংদা নাক্লা শিখি। চহি অসিদা অস্যামগী চিফ কমিশনার মণিপুরদা লাকখি। মহাক্না জোনষ্টোন স্কুল য়েংখি। স্কুল অসিগী হাইয়ম ক্লেসদা ক্লাস নাইন তমদিবা ছাত্রশিংবু ক্লাস অসি পাস তৌবগা মণিপুরগী মপান্দা ক্লাস টেন তমহনবা সরকারদা পাউত্তাক পীরমই। চিফ কমিশনার অসিনা মণিপুরদা লাকখিবা অসিবু নীংশিংবা ওইনা মণিপুরদা লৈবা

বঙ্গালীশিংনা বঙ্গালী মুপী মচাশিংগী ওইবা মিডল ভার্নাকুলর স্কুল অমা হিংখৎখি। স্কুল অসিগী মমিং লেডি আর্ল গার্লস স্কুল হায়না থোখি। ছাত্রশিংনা নোংমদা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা জোনস্টোন স্কুলদা ২ ৮ ৫৫ বেঙ্গালী স্কুলদা ৫৫ ৫ অমসুং উর্দু স্কুলদা ৩৮ ৫ নি। মখক্তী স্কুল অহুম অসি এম ই স্কুল ওাকুনি। লেডি আর্ল গার্লস স্কুলদা ইং ১৯১৪ গী মার্চ তাং ৩১ কাওবদা মুপী-মচা তরামাপন লৈখি। স্কুল অসিগী ছাত্রশিংনা নোংমগী স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ১৪ ৮ নি।

চহি অসিদা মণিপুরদা স্কুল মরিফুনিথোম লৈখি। এল. পী অমসুং ইউঃ পী স্কুলশিংগী অপুনবা ছাত্রমশিং নিপামচা ৬৫ ২ অমসুং মুপীমচা ৩৭ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ৩৬৫৮৮৫ নি। চহি অসিদা এলঃ পী স্কুলদা তম্বা ছাত্রশিংদগী টিউ মন কী লৌবা হৌখি। ইস্কুলদা তম্বা ছাত্রদনা আনা অমা অমসুং খুদংদা তম্বা ছাত্রদনা পাই তরুক কী লৌখি। এলঃ পীঃ স্কুলদা তম্বা ছাত্রদগী কী লৌবা হৌরকপদগী লৈকলাক্পরবা মমা মপা-শিংনা মচানু স্কুল কাহনখিত্রে। ছাত্র মশিং য়াম্না স্কুল কাররুবগী শীবম অসি লাকপদগী ছাত্রশিংদগী কী লৌবা তোকখি। মসি অশানবদদি স্কুল ময়ামও তৌবগী থবক অসি খুদমীনা তৌরবদগী পোৎথাও পুবগী চৎনবী তোকখিবদা স্কুলশিংগী খরচ পুরবা তৌরবনি।

তম্পাকী এলঃ পীং স্কুলশিংদা পুম্না ওম্না ১৪২ লৈখি। ওম্না ১০৯ দা মণিপুরদা পোকপা মীওই, ১৫ না মণিপুরগী মায়কদা

৬৪ পরিক্ষা থাবদা হাত ৩৯ না ফার্ষ্ট, ১৪ মা সেকেণ্ড অমসুং ২ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী ভার্নাকুলর পরিক্ষাদা ওজা ১৭ না পরিক্ষা থাখি। পরিক্ষা অসিদা ওজা ১ না ফার্ষ্ট, ২ না সেকেণ্ড অমসুং ১ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা হাত্র ২৫৬ পরিক্ষা থাবদা ৭৫ না ফার্ষ্ট, ৪৮ না সেকেণ্ড অমসুং ২ না থার্ড ডিভিজনদ পাস তৌখি। চহি অসিদা হৈটনা মহৈ-মশিং তম্বদা থাদখিবা থবচ লু ৪৫,৯৪৯ নি। মথক্তী শেলফম অসিগী মসুংদগী লু ৫ ৭৩ থক চাংগী ফলশিংদা শিজিন্নখি।

## ইং ১৯১৪ ২৫

চহি অসিদা মণিপুরদা মহৈ মশিং তম্বগী থবক্তা কা হেন্না থুমাং চাউশিনবা উদ। জোনাইটান স্কুলদা চহি অসিদা হাত্র ২৬ মহৈ তমখি। মদা যেগী মনুংদা হাত্র ২৫২ না মীতৈ, ৩ না মীতৈ পাঙল অমসুং ৫ না অতৈ অতৈনি। মণিপুরগী মপান্দা বৃত্তি পী-নুনা কর্টন কলেজ গৌহাটিদা আই, এ অমা, বি এ অমা, গোভর্ণমেন্ট স্কুল ওফ ইঞ্জিনিয়ারিং ডাকাদা ইঞ্জিনিয়ার তম্বা অমা অমসুং ডিব্রুগড়গী বেরি হোয়াইট মেডিকেল স্কুলদা মেডিকেল তম্বা অনি পুম্না হাত্র মন্না থাদোকখি। চহি অসিদা মণিপুরগী মপান্দা থাদোক্লুনা মেডিকেল তমখিবা হাত্র অমা পরিক্ষা পাস তৌরকখি। মহাক্না

মীতৈ মচাশিং মরক্তা অহানবা ডাক্তরনি। মহাক্তী মমিং থোকচোম গোর্ধ্বযোন কৌই। মহাক্তী পোকক্মনা ইম্ফালদগী কিঃ মিঃ ৩৩ লাপ্না টিডিম রোডতোমদা চংলগা লৈবা নিংথৌখা হায়বা মফম অহৌদনি। মহাক্তা মণিপুরদা হেক থোকলকপগা মৈটৈকী থবক্তা চংহনখি। চহি অসিদা স্টেট খরচনা রাজকুমার ভাস্কর অমসুং অঙোমজেবেন অনিবু শিক্লাংদা সাইরিক তম্বা থাখি। চহি অসিদা এম ঈঃ অমসুং এন ভি স্কুলদা পুম্না তম্বা ছাত্র মশিং ১১৬ নি। এলঃ পী স্কুলগী ছাত্র মশী না নিশামচা ৩২৫৯ অমসুং নুপীমচা ৫৪ নি। এল পী স্কুলগী ওজা মশীংনা ১৪৮ নি। ইউঃ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ৬৬ থাবদ ছাত্র ২১ না ফাষ্ট, ৮ না সেকেণ্ড অমসুং ২ না থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ইউ পী তান স্কুলগী পরিক্ষা থাবদা ছাত্র অনিথক থার্ড ডিভিজন্দা পাস এইখি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৪৬ পবিক্ষ থাবদা ছাত্র ৫৭ না ফাষ্ট, ৪৮ না সেকেণ্ড অমসুং ২৫ না থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখ। চহি অসিদা চীংগী স্কুলগী খরচ অমসুং স্কুল শেমজিন শাজিনবগী খরচ য়াওদনা মণিপুরগী ওইনা পুম্না মহৈ মশিং তম্বদা থাদখিবা শেলকম লু ৪৮২৭৭ নি।

## ইং ১৯১৫ ১৬

চহি অসিদা ক্লাস নাইন পাস তৌরবা ছাত্র খরম্ন স্টেটনা স্কোলরসিপ পীদুনা মণিপুরগী মপান্দা তোঙান তোঙানবা হীরমদা

মহৈ তমহনখি। চহি অসিদা শিলোং গোভর্নমেন্ট হায়স্কুলদা ইং ১৯১৭ কী মেত্রিক পরিক্ষা য়াওহনবা ছাত্র অনি গোভর্নমেন্ট স্কুল এন্ড ইঞ্জিনিয়ারিং ডাকাদা ছাত্র অমা গৌহাটিদা লৈবা লেও গভর্ণ স্কুলদা জরিপ তম্বা ছাত্র অহুম থাখি। কোনটৌন স্কুলদা চহি অসিদা ছাত্র ২৪২ তমখি। ছাত্রশিং অসিগী মমুংদা ২৩৭ না মীতৈ, ৪ না মীতৈ পাঙল অমস্থং অমা অতৈ অতৈনি। মতম অসিদা হুপী এক্কা ফংবা য়াম্না য়াবমই। মরম অসিনা চহি অসিদা হুপী-মচা অমবু শিলেটতা লৈবা হুপীমচা স্কুল অমদা মিডল স্তান্ডার্ড কুপাব তম্বা থাদোকখি। ইং ১৯১৬ বী মার্চ তাং ৩১ কাওবদা হৈটনা বৃত্তি পীদুনা ঢাকা কলেজদা বি.এস.সি তম্বা ছাত্র অমা ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বা ছাত্র অনি মেডিকেল তম্বা ছাত্র অনি, অমস্থং বেনারসতা সংস্কৃত তম্বা ছাত্র অহুম পুম্না ছাত্র নিপান মণিপুরগী মপান্দা থা-দোকখি। চহি অসিদা মমাঙগী চহিদা গৌহাটিগী জরিপ তম্বা স্কুলদা জরিপ তম্বা থাদোকখিবা ছাত্র অহুম জরিপকী পরিক্ষা পাস তৌদুনা থোরকখি।

চহি অসিদা মণিপুরদা স্কুল ৭৬ লৈখি। অপুনবা ছাত্র মশীং নী নিপানচা ৩২৯৩ অমসুং হুপীমচা ৮৭ নি। হৌখিবা চহিদা চৌ শ্রী লমদমদা লৈরম্বা স্কুলশিং থম্না ছাত্র মশং-এগী মুখংপা তাখি। অসিগুম্বা মও, অসিদি উর্দ্দাঙ্গী লমদমদি খোক্তে। ইং ১৯১৫ কাওবদা মণিপুরদা ইউ পী স্কুল অমথক্তা লৈবমই। মতম অসি-দা চৌক্নী ছাত্রশিংনা চে, কলম স্লেট, বংশী অমদি লাইরিকসিং-বা মখিক চানা অহুম য়েনবীরমই। তাং ২৮।২।১৯১৬ ইংদা

মরমদি স্কুল অমুগী ওজা অমসুং ছাত্রশিংগী থবক্তা পেন্দবদগীনি। স্কুলশিং অসিগী অকবা ছাত্রশিং অমুবু উঅলন স্কুলদা পুশিনখি। মণিপুর পুন্নমক্তা লৈবা এল পী অমসুং ইউ পী স্কুলগী ছাত্র মশীং নিপামচা ৩৭৬ অমসুং নুপীমচা ৪৫ নি। চহি অসিদা ছাত্র মশীং খরা হেনগৎলকখি। মসিগী মরুওইবা মরমদি এল পীঃ স্কুলগী ছাত্রশিংদগী ফী লৌবা তোকখিবদগীনি। চহি অসিদা এলপীঃ স্কুলদা মহৈ তম্বদি ক্রি ওইখি অমসু কম্পলসরিদি ওইখিদে। তমগী এল পী স্কুল ৬৬ কী মনুংদা মরীনা মত্রাপা, অমনা স স্কুল টোল অমসুং অমনা নুপীমচা স্কুলনি।

তম্পাক্কী এল পী স্কুল ওজা ১৪৩ লৈরনই। মখোয়গী মনুং-দা ১ না মণিপুরদা পোকপা মীতৈ ১৫ না মণিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈ, ১৪ না মীতৈ পাঙল, ৬ না মাইরেবাক মচা অমসুং অমনা চাওবীনি। নুপীমচা স্কুল অমসুং স স্কুল টোলগী ওজা অনিমু সার্টিফিকেট পায়দে। চহি অসিদা স্কুল মাপনগী স্কুলশিং নৌনা শাখি। স্কুল অনি জিল্লনা কুপ্খি। মণিপুরগী স্কুল পুন্নমক ডি-রিষাটকী স্কুল নতনা লোম্নিনা সেমজিন শাজিনখি। স্কুলশিং পুন্নমক ফাওবা কন্দনা লৈখি। ইংলন্দগী এন ই স্কুল সরকারগী গ্রান্ট-ইন এডনা মরুওইনা শিন লাংলমই। ছাত্রশিংগী ফীদগীসু মতে পাংলমই। উঅলগী স্কুলসু সরকারগী গ্রান্টনা শরুক অমা অমসুং আমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনা শরুক অমা পুখোকলগা চলায়-রমই। এল পীঃ স্কুল পুন্নমক্কী সরকারনা শিন লাংলমই। ইং ১৯১৫ দা ডাক' কালজদগী আই এ থাখিবা ছাত্র অমু লেকেও

ডিভিজন্দা পাস তৌখি। চহি অসিদগী ডি অ ই বাবু গুলাপ সিংনা এসং আই অনিগা লোয়ননা স্কুল য়েংশিনবগী থবক চং থরমই।

এম ঈ পরিক্ষাদা জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্র ১৪ পাস তৌখি। ছাত্র ১ না ফাষ্ট অমসুং ৩ না সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। বেঙ্গালী স্কুলগী ছাত্র অনি অমনা ফাষ্ট অমসুং অমনা সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ৬৭ পরিক্ষা থায়। ছাত্র ২ না ফাষ্ট, ১২ না সেকেণ্ড অমসুং অমনা থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌরমই। ইউ পীঃ ভার্নাকুলর পরিক্ষাদা এক্সা ৮ পরিক্ষা থাদদা এক্সা পুম্নক লোইনা ফেল ওইখি। ইউ পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র অমা পরিক্ষা থয়। ছাত্র অদু সেকণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২০১ থাখি। ছাত্র ৫৯ না ফাষ্ট, ২৮ না সেকণ্ড অমসুং ২২ না থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌরমই। এল পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র ৫ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৩ নাঃ ডিভিজনদা পাস তৌখি। চহি অসিগী মহৈ-মশী, তম্বদা থাদবা স্টেট খরচ রু ৩৪৮৭১ নি। খরচ অসিগী মঠুংদগী রু ৫৪৮৭ না চী গী স্কুলগী খরচনি। রু ১৭২৪ না স্কুল শঙ শেমজিন-শাজিনবগীনি। হাখিবা চহিদা তৌখিবা খরচকগী চহি অসিদনা খরচকী চাং তাথরকখি। মসিগী মরমদি চহি অসিদা থোকলবা য়াবা থবক্তা পৈশা চংখারে।

## ইং ১৯১৬ ১৭

জোনষ্টোন স্কুলদগী ইউ পী ক্লাস লৌথাকখিবনা চহি অসিদা

জিরিবাটতা ১স্কুল ওমা অমাংগী চৌদনি। থুংগী মীনা হায়ক্রম্বনগী চাংগী স্কুল অমা থিংজিনখি। অনৌবা মথাংশা অনিথক তম্পাক্তা লিংখৎখি। এল পী স্কুলগী ছাত্র মশিং নিপামচা ৪১৪৮ অমসুং ছুপীমচা ৩১ ওইখি। ছাত্রশিংনা নাংবগী স্কুল কাবগী চাং চাংচৎত ৩১২০ ৯৭ নি।

এল পী স্কুল ওমা ১৫২ লৈবগী মহুৎতা ১১৩ না মণিপুরদা পোকপা মীতে, ১৫ না মণিপুরগা মপান্দা পোকপা মীতে, ২ না মীতৈ পাঙল, ৩ না মীরৈবাক মচা অমসুং অমনা চৌমীনি। চহি অসিদা লৈবা স্কুলশঙ্গিংগী কীবম থৈ। ইনসপেক্তিং ওফিসারশিং অমসুং দরবারগী ইডুকেসন মেম্বরনা স্কুল য়েংশিনবগী থবকসু অদুম তৌখি। এম ই পরিক্ষানা জে নমোন স্কুলদগী ছাত্র তরাতরেৎ পরিক্ষা থাবদা তরামরিন, কাও অমসুং অহুমনা সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। বেঙ্গলী স্কুলগী ছাত্র অমনা ফার্ষ্ট অমসুং অনিনা সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পরিক্ষা অসিদা পাস তৌখি। ইউ পী ই লিস পরিক্ষাদা ছাত্র ৭৫ থাখি। পরিক্ষা অসিদা ছাত্র হুমুক্তা কাও, মরীনা সেকেণ্ড অমসুং অমনা থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ইউঃ পীঃ সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছত্র অমা পরিক্ষা থাখি। ছাত্র অদু ফর্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ছাত্র মাপনথক ইউ পী ভার্নাকুলর পরিক্ষা থাবদা ছাত্র অহুম সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। এল পী পরিক্ষাদা ছাত্র ২৩৭ পরিক্ষা থাওখি পাস তৌবা মখোয়না ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা ৯২ সেকেণ্ড ডিভিজন্দা ৩৯ অমসুং থার্ড ডিভিজন্দা ২ ওইখি। মণিপুরগী স্কুলশিংদা হিং ১৯ ৭কী

মার্চ্চ শাং ৩, কাওবদা ছাত্র নিপামচা ৪৩৭৫ অমসুং মুপীমচা ৬০ লৈখি। এদো পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র তারুং পরিক্ষা থাবদা ছাত্র শরেংমক পাস তৌখি। চহি অসিদা স্টেট সরকারনা মহৈ-মশিং তম্বদা চঙখিবা খরচ রু ৫,১৪৪ নি। মসিগী মরুংদা রু ৫৬ ৬ না চৌংগী স্কুলগী খরচনি। রু ৫৩৬১ না স্কুলশঙশিং শেমঝিন-শাজিনবদা চঙখিবনি।

## ইং ১৯১৭-১৮

চহি অসিদা স্টেটনা ই, ১ ৯ গী মেট্রিক পরিক্ষা থাবা গ্রাও-ন্দনবা শিলং-দা ছাত্র তম্না অমসুং শিলেটতা পাঙল অমা মুহি পীদুনা থাখ। চহি অসিগী ‘জোনষ্টোন স্কুলগী অপুনবা ছ ত্র মশীং ১১২ নি। ছাত্র ১ ৪ না মীতৈ, ৩ না মীতৈ পাঙন অমসু, মগানা অতৈ অতৈনি। চহি অসিদা মণিপুরগী মপান্দা রু ত পীদুনা লাই-ব্রিক তম্বা থাখিবা অপুনবা ছাত্র মশীং কুনহুমসে,রুনি। মণিপুরগী মপান্দা মেট্রিক তম্বা ছাত্র থাখিবত। মহেনা গৌহাটি কটন কালজদা বি এ, তম্বা অমা, আই এ তম্বা অমা অমসুং ইঞ্জি নিয়ার তম্বা অনি, মেডিকল তম্বা অহুম সংস্কৃত তম্বা মরী পুম্না ছাত্র তরামাথোয় অমসু বৃত্তি পীদুনা মণিপুরগী মপান্দা থাখি। মুপীমচা অমসু মণিপুরগী মপান্দা ল ইব্রিক ত 1 থাখি। চহি অসিদা মেডিকল তমলবা ছাত্র অমসু পরিক্ষা পাশ তৌদুনা থোরককপদগী মীতৈমচা ডাক্তর অনি ওখি। চহি অসিগী মণি-পুরগী স্কুল মশীং ৭৮ নি। অপুনবা ছাত্র মশীংনা নিপামচা ৪৪৩০

অমসুং মুপীমচা ৬৬ নি। ই. ১৯১৮ গী মার্চ তা ৩১ কাওবদা এলঃ পী স্কুল ৭২ লৈরমই। স্কুল হুক্‌মাপলা ভম্পাক্তা, অমনা জিরিবামদা অমসুং অনিনা অবাংগী চাংদা লৈরমই। চহি অসিদা ছাত্র লৈতবদগী চীংগী স্কুল অমা থিংজিনখি।

চহি অসিদা কোনস্লৌন স্কুলগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং নোংমগী চাংচৎতা ৮৯ ৮১, বেঙ্গালী স্কুলশীনা ৫৮ অমসুং উর্দুলে স্কুলগীনা ৮৫ নি। লেডি আর্ল গার্লস স্কুলদা ই. ১৯১৮ গী মার্চ তা. ৩১ কাওবদা ছাত্রী ভরামভা ভমখি। ছাত্রীশিং অসিনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ১৫ নি। স্কুল অসিদগী মিডল ভার্নাকুলর বৃত্তি পরিক্ষা থাবদা ছাত্রী অমা সম্মানগা লোয়ননা পাস তৌখি। মণিপুরগী এল পী স্কুলগী ছাত্র মশীংনা নিপামচা ৪১৭ অমসুং নুপীমচা ৪ ওইখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ৫২৬৭ ৫৪ নি। ভম্পাক্তা এলঃ পী° স্কুল হুক্‌মাপনগী মতুংদা ভরংনা মত্রাশা, অমনা সংস্কৃত টোল অমসু, অমনা মুপীমচা স্কুলনি। ভমগী এল পী স্কুলশিংদা ওজা ১৫৭ লৈখি। ওজা ১১৭ না মণিপুরদা পোকপা মীতৈ, ২৩ না মীতৈ পাঙল, অমনা মীরৈবাক মচা অমসুং অমনা চীংমীনি। ওজাশিংগী মতুংদা ওজা অহুমদি ক্লাস আইট কাওবা ভমই। ওজা অমনা ক্লাস নাইন কাওবা ভমই। অতৈ ওজাশিংদি এম ঈঃ সার্টিফিকেট—৩, এম ভি ~ ১, এল এসঃ সি ১, ইউঃ পীঃ সি, ১১২, এল পী সি ২১ অমসুং পিঃ টি° সি – ১৩ নি।

চহি অসিদা স্কুলশও অয়াশা কীবম ফদ্দা লৈখি। স্কুলশও অনিখি

নৌনা অমুক শাখি। জোনষ্টোন স্কুলদগী ছাত্র ২২ থক এম' ই পরিক্ষা য়াওবদা ছাত্র ১৫ না ফাষ্ট অমসুং ৭ না সেকেণ্ড ডিভি-জন্দ, পাস তৌখি। বেঙ্গালী স্কুলগী নিপামচা মরীথবস্থ সে-কেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ইউ পী ইংলিস পরিক্ষাদা ছাত্র ৬৮ পরিক্ষা য়াওবদা ছাত্র ১৮ না ফাষ্ট, ৮ না সেকেণ্ড অমসুং ১না থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। ইউ পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র অহুম পরিক্ষা থাবদা ছাত্র অমা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি। এল' পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র চাপিতবাহুন'দায পবিক্ষা থাবদা ছাত্র ৪৮ না ফাষ্ট, ২১ না সে'কণ্ড অমসু, ৩২ না থর্ড ডিভিজ দা পাস ওইখি। এল পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র অমা পবিক্ষা থায়। ছ ত্র অম্র সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাস তৌখি। চহি অসিদা মহৈ-মশিং তরগী থরচ পুন্না রু ৫ ১২৫ নি। মসিগী মঙ্গুংদা চীংনীনা লুপা ৫ ৬১ নি।

## ইং ১৯১৮-১৯

চহি অসিগী জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্র মশীং ১৪১ নি। স্কুল অসিগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচংতা ১ ১৮ নি। ছাত্র-শিংগী মঙ্গুংদা ১০১ না মীতৈ ২ না মীতৈ পাঙল ৩ না চীংমী অমসুং ৪ না অতৈ অতৈনি। ইং ১৯২০ গী মেট্রিক পরিক্ষা য়াও-নবা জোনষ্টোন স্কুলদগী বৃত্তি পীদ্রনা শিলোং গভর্নমেন্ট হায়স্কুলদা ছাত্র অহুম অমসুং পাঙল অমবু শিলেটতা থাখি। মেডিকেল তমনুবা

ছাত্র অমা অমুক চহি অসিদা পরিক্ষা পাস তৌদুনা থোরকপ-দগী মণিপুরদা মীতৈ মচা ডাক্তর অহন ওখি। চহি অসিদা মণি-পুরগী অপুনবা স্কুল মশী, ৮ নি। অপুনবা ছাত্র মশিংনা ৫০৯০ নি। ইং ১৯১৪ দা মুপী কলেজ অমা নিউ আর্টস কলেজ অমা হৌদুনা মণিপুরগী মপান্দা থাদোকখিবা অদু পরিক্ষা পাস তৌদুনা লমক খি। চহি অসিদা মণিপুরগী আই এ ২, ইঞ্জিনিয়ারিং ২ মেডি-কেল ২, ম স্কুত ৬ (বেনারসতা ৪ অমসুং নবদ্বীপতা ২) পুন ছাত্র ১২ বৃত্তি পীদুনা থাদোকখি।

এমইঈ স্কুল অমি বেঙ্গালী স্কুল অমসুং, উঅংলে স্কুলগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চা, চাংচংতা ৭২ অমসু ৮৮৬৬ নি। লেডি আল গার্লস স্কুলদা ইং ১৯১৯ গী মাৰ্চ তা ৩১ ফাওবদা মুপীমচা ১৪ লাইব্রিক তমখি। ছাত্রীশিং অদুনা স্কুল কাবগী চা, নো মগী চা,-চংতা ১ ৪৮ নি। স্কুল অসিগী মুপীমচা অমা এল পি বৃত্তি পরিক্ষা পাস তৌখি। চহি অসিদা মণিপুরদা এল পী স্কুল ৭৪ লৈখি। স্কুল ৭ না তম্পাক্তা, ১না জিরিবামদা, ২না অরা, চাংদা অমসুং ১ না খা চাংদা লৈখি। খা চাংদা স্কুল অমা অমসুং মদ্রাশা অমসু চহি অসিদা লিংখৎখি। মণিপুরগী এল পী স্কুলগী অপুনবা ছাত্র মশীং নিপামচা ৫২৩৮ অমসুং মুপীমচ ৪১ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চা,চংতা লোংমদা ৩৭৯৪ ৯ ওইখি। এল পী স্কুলগী ওজা মশীং ১৫৯ নি। ওজা ১১৬ না মণিপুরদা পোকপা মীতৈ, ১৫ না মণিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈ, ২৬ না মীতৈ পাঙন, ১না মীয়ৈবাক মচা অমসুং অমনা চাংমীনি। বেঙ্গালী

স্কুলশীদমক শেনথায় থমা থায়রমই। ইউ পী স্কুলদগী কী থম্বা খরা তৌরমই।

এমঃঈ পরিক্ষাদা জানতৌন স্কুলদগী ছাত্র ১৭ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১২ না ফার্ষ্ট অমসুং ৫ না সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। পরিক্ষা অসিদা বেঙ্গালী স্কুলগী ছাত্র অহনথকপু ফার্ষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী ইংলিস পরিক্ষাদা ছাত্র ১১১ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৭৪ না ফার্ষ্ট ৩ না সেকণ্ড অমসু ৬ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র মরী পরিক্ষা থায়। ছাত্র মরীমক ফার্ষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী ভার্নাকুলার পরিক্ষদা ই ত্র ত ন পরিক্ষা য়াওবদা ছাত্র অহুম ফার্ষ্ট ডিভিজনদা পাস ওইখি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২০৬ পরিক্ষা থায়। ছাত্র ৯১ না ফার্ষ্ট, ২৪ না সেকণ্ড অমসুং ১০ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। এল পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র তরেৎ পরিক্ষা থায়। ছাত্র অহুমনা ফার্ষ্ট অমসুং অমনা থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। চহি অসিগী মহৈ মশিং তম্বগী অপুনবা খরচ লু ৫২৬৪১ নি। চীংগী স্কুলথক্তবা লু ৫৪ ৫ খরচ তৌখি।

## ইং ১৯১৯-২০

ইং ১৯২১ গী মেত্রিক পরিক্ষা য়াওনবগীদমক ৫২ট সরকারনা শিলোংদা ছাত্র তরেৎ অমসুং শিলেটতা ছাত্র অনি লাইব্রিক তমবা থাখি। চহি অসিদা জোনষ্টান স্কুলদা ছাত্র ১৪৭

তমখি। ছাত্র ১৪৩ না মীতৈ, ৩ না মীতৈ পাঙল অমসুং ১ না অতৈ অতৈনি। স্কুল অসিগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ১১১ ৫৮ নি। স্কুল অসিদগী ছাত্র ২ এম৪ ঈ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১ না ফাঁও অমসুং ১ না সোকও ডিভিজনদা পাস তৌখি। বেঙ্গালী স্কুলগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ৮৩ নি। স্কুল অসিগী অপুনবা ছাত্র মশীংনা ৯৭ নি। স্কুল অসিদগী এম ঈ পরিক্ষা যাওবা ছাত্র নিপামচা অহুমথক সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। লেডি য়ার্ল গার্লস স্কুলদা ছাত্রী ২২ লাইরিক তমখি। ছাত্রী পুম্নমক্তা অসিনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ৬৩১ নি। উখ্রুল স্কুলদা ছাত্র ১৩ লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা নংগদা ছাত্র ১ ৭৮ কায়। লেডি অর্ল গার্লস স্কুলগী ছুপীমচা অমা থাদা লুং ৩/৩ গী বৃত্তি ফংখি। ওটনা স্কোলরসিপ পীদুনা কটন কলেজ গৌহাটিদা বি এ তমবা ছাত্র অমা আই এ তমবা অমা, সিলেটকী মুরারিচান্দ কলেজদা অহুম, ঢাকা কলেজদা অমা সিরামপুর কলেজদা অমা মেডিকেল তমবা অনি অমসুং সংস্কৃত তমবা বেনারসতা অমী নবদ্বীপতা অনি থাখি। চহি অসিগী অপুনবা মুপি ফংবা ছাত্র কুনমরানি। মণিপুরদা চহি অসিদা এম পী স্কুল হুন্দক তরামত্তা লৈখি। স্কুল ৭১ না ৬৩পাক্তা ১ না জিরিবামদা, ২ না অরা, চাদা অমসুং ১ না থাগী চাংদনি। সংস্কৃত টোল অমসু চহি অসিদা হাংদোকখি। এদুগী স্কুল-শিংদা ছাত্র নিপামচা ৫৪২০ অমসুং ছুপীমচা ৩৯ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ৩৯৯২ ৭৩ নি। চহি

অসিদা লৈখিবা এল পী স্কুল ওজা মশীং ১৬১ নি। ওজা ১২ না মণিপুরদা পোকপা মী তৈ, ১৪ না মণিপুরগী মপান্দা পোকপা মীতৈ, ২৫ না মীতৈ পাঙল ১ না মীয়ৈবাক মচা চমহুং অমনা চাংমীনি। চহি অসিদগী উখ্রূল স্কুলদা আমেরিকান বেপটিষ্ট মিসন্না পীবগা মতেং অহু তোকখিরমই। শ্রী চান্দম গোলাপ সিংহনা ডি আই ওফ স্কুলস ওইরবদগী শ্রী বিজমনি দেব শর্মানা মহুৎ শিনখি। মহাক্কা থবক অসি পৃথিবীগী অনিশুবা প্রাক্কাওনা মণিপুর য়োরকলবা মতম ফাওবা পুথি। চহি অসিদা মণিপুরদা লৈবা স্কুল মশী ৮১ নি। তম্বা ছাত্র মশী না ৬৮২২ নি। ইউ পী০ ইংলিস পরিক্ষাদা ছাত্র ৯ পরিক্ষা থাখি। ছাত্র ৪০না ফাষ্ট ১৪ না সেকেণ্ড অমসুং ৩ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। ইউ পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র অহুম পরিক্ষা থাবদা ছাত্র অমিথক ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৭১ পরিক্ষা থাখি। পরিক্ষা অসিদা ছাত্র ৬৩ না ফাষ্ট ৯ না সেকেণ্ড অমসুং ৩৭ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। এল পী সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র তরেৎ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র মঙানা ফাষ্ট অমসুং অনিনা সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। চহি অসিদা ষ্টেটনা মহৈ মশিং তমগী থবক্তা থাদখিবা শেনকম পুম্বা লুপা ৫,১৫ নি। শেনকম অসিগী মনুংদা লুপা ৫০৯৫ দি চাংগী স্কুলগী থরচনি।

## ইং ১৯২০ ২১

ইং ১৯২০ অসি মণিপুরগী মহৈ মশিং তমগী থবক্তা থোইদোক

হেন্দাক্না পুক্নিং থিংজিনবা চহিনি । চহি অমদা জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস টেন তনগদবা ছাত্র মশীং য়াম্নখৎলকখি । ছাত্রগা মমা মপাশিংদগী জোনাই ন স্কুলদা ক্লাস টেন হৌনকৎপা বা ফকনবা শাক্ষু অমা লাক্খি । ১৯১৯ অসিনা মণিপুর ১টা দরবারনা জোনষ্টোন স্কুলবু মপুং ফাবা হাইস্কুল অমা ওইহনবা কন্না থম্লমই । হাইস্কুল ওইনা ওন্থোকপা মতমদা স্কুলগী ১চ.ক মথুন অমদি মস্তিক চাবা ওজা দরকার ওইরমই । মরম অসিদ স্কুল অসিদা বি এ ওজা অনি হাপচিল্লমই । ওজা মস্তিক চানা কৈরবস্থ মস্তিক চাবা হেড মাষ্টর অমা কৈতবা মাদবদগী মিঃর ফিদস্‌পাটিস কোব হংরেন জী মচা অমবু হেড মাষ্টর হৌ পননই । মহাক্কী তলব থাদা দুশ ৫ পীরমই । হাইস্কুল অমা ওইবদা চংগদবা মচাক শুববা শক্তুংদা মণিপুর সরকারনা কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা জোনষ্টোন স্কুলবু হাইস্কুল ওইনা শকখঙবীযু হায়না চে ইরমই । লাইবক থীবদি চহি অসিদা স্কুল অসি রিকোগনিসন ফংবা ঙমখিদে । জোনষ্টোন স্কুলদা চহি অসিদা ছাত্র ৬২ তমখি । ছাত্র ১৫৬ না মীতৈ ৪ না মীতৈ পাঙল অমসুং ২ না অতৈ অতৈনি ।

মণিপুরগী অপুনবা স্কুল মশীং ৯৫ নি । এম পী স্কুলনা ৮৯ নি । এম. পী গী ছাত্র মশীংনা নিপামচা ৫৬৪৩ অমসুং নুপী-মচা ২৪ নি । এম পী ৮৯ অসি তম্পাক্তা ৭১ জিল্লিবামদা ১ অমসুং চীংদা ১৭ নি । এম পী স্কুলগী ছাত্রশিংগী স্কুল কাবগী চাং চাংচংতা ৪৫৫ ৪৭ নি । চহি অসিদা আই এ ৬০ বি এ ৩০ মেডিকেল ৩ ভেটিনারি ১ অমসুং সংস্কৃত ৬ পুম্না ছাত্র ৬ মণিপুরগী

মপান্দা বৃত্তি পীফুনা তম্বা থাদোকখি। চহি অসিদা ছাত্রশিংদা বৃত্তি পীবগী নিয়মশু থরা কোমথোকহল্লমই। চহি চহিগী পরিক্ষা ফল য়েংলগা ক্লাস ক্লাসকী মথক্তদা অফবা অঙাংশিংখক্তদা বৃত্তি পীবা থল্লমই। অফবা ছাত্রশিংনা মখোয় মখোয়না কংলিবা বৃত্তি অদু মথংগী চহিদা কংদবা তৌদনবা লাইব্রিক কয়া হোংনরমই। চহি অসৈবদা হুউ পী অহুনথক্তা লৈরবা অদু মণীং খংহেন হেনগৎলকখি। চহি অসিগী মণিপুরদা লৈবা এম ঈঃ অমত্তং এমঃ ভি স্কুলগী অপুনবা ছাত্র মশীং ২ ৭ নি। এল পী স্কুলগী ওয়া মশ ংনা ৩৬২ নি। ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ১১২ থাবদা ছাত্র ৬১ পাস তৌখি। ইউ পী ভার্নাকুলর পরিক্ষাদা ছাত্র ৭ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র অহুম কাঃ ডিভিজনদা পাস তৌই। সংস্কৃত ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ৪ পরিক্ষা য়াওখি। ছাত্র ১ মক ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌখি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৩৬ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ২৮ পাস তৌখি। ছাত্র ৯ না ফাষ্ট ২৪ না সেকেণ্ড অমসুং ১০ না থার্ড ডিভিজনদা পাস তৌখি। এল পীঃ সংস্কৃত পরিক্ষাদা ছাত্র ৭ পরিক্ষা য়াওবদা ছাত্র ৪ না ফাষ্ট অমসুং ১ না থার্ড ডিভিজনদা পাস ওইখি। চহি অসিদা মণিপুর ষ্টেট সরকারনা মহৈ মশিং তম্বগী থবক্তা খরচ তৌখিবা শেনফম চাংগা স্কুলগী খরচ য়াওদনা লু ৪৯,৯৫২ নি।

## ইং ১৯২১-২২

হৌখিবা চহিদা ষ্টেট সরকারনা কয়া ইথিবগী ফল ওইনা

ই, ১৯২১ দা কলকতা ইউনিভর্সিটিনা জোনষ্টোন স্কুলবু হায়স্কুল অনা ওইনা শক খঙবীখি। স্কুল অসিবু শক খঙবগা লোয়ননা ক্লাস টেন হাংদোকলমই। চহি অসিদা জোনষ্টোন হায়স্কুলদা ছাত্র ১৫৪ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচংতা ছত্র ১৪৫ ৭৭ নি। স্কুল অসিবু ক্লাস টেন কাওবা শক খঙলবনিনা চহি অসিদগীদি মণিপুরগী মপান্দা ক্লাস টেন তমদুনা মেট্রিক থানবগী চৈটনা খরচ পুহনা থাগদা অহু তোকখিরমই। ছাত্র থুদিংমক জোনষ্টোন হায়স্কুলদা তমহনবা থৌরাঙ তৌরমই। স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর মিষ্টর ফিলপোটসনা শান্ন-খেংনবগী থবক্তা থরায় মাংনা হোৎনবা তঙ্গু মায পাকখি। স্কুল অসিদা ছাত্র মশীং হেন গংলকপদগী স্কুল অসি থন্না শাংদোকনা শাবগী দরকার ওইখি। ইউ. পী পরিক্ষা পাস তৌরবা ছাত্রশিংনা জোনষ্টোন স্কুলগী এম ই ক্লাসতা মি চনবা য়াহল্লমই। স্কুল অসিদা হেড মাষ্টর য়াওদনা ওজা ১ লৈখি। ওজা ৪ না বঙ্গালী ৬ না মীতৈনি। ওজাশিংগী মনুংদা এম এ. ১, বি এস্সি ১, আইঃ এঃ ২, মেট্রিক অহুম অমস্ত সংস্কৃত ওজা ২ য়াওই। স্কুল অসি ষ্টেট গ্রান্ট অমস্ত কাএদগী লৌবা কানা শিলংগা লমই। জিমনাষ্টিকী মচাক ওনা থম্বগা লোয়ননা জিমনাষ্টিকী ইন্সট্রক্টর অমসু হাপলমই। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৭৩ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৩২ পাস ওইখি।

মণিপুরদা এম ই স্কুল অনিথক্তা ওইখি। স্কুল অনি অসি য়াম্না চাওখৎখি। বেঙ্গালি স্কুলদা ছাত্র ৯৯ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচংতা ৮৯ নি। বেঙ্গালী স্কুলগী চহি পরিক্ষাদা

ছাত্র ৯৫ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৬৭ পাস তৌখি। লেডি অর্ল গাল স স্কুলদা স্কুলীমচা ২২ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচংডা ১৮ নি। স্কুল অসিদগী প্রাইমারী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্রী অনি পাশ তৌখি। ছাত্রী অমদি সরুকরগী বৃত্তি ফংখি। বেঙ্গালী স্কুলনা স্টেট অমসুং টাউন কণ্ডগী গ্রাট ফংলমই। স্কুলগী ছাত্রশিংগী মীদগী খোমগৎপা পৈশানা স্কুলগী অদাৎ-অপা মেনশিনবদা কোন্দবা মেনখনবা বক্লীশিংনা থাগী পৈশা খরা খরা থায়রমই। উখ্রুলগী স্কুলদা ছাত্র ৭৬ লৈখি। ছ ত্রনা স্কুল কাবগী চাং ৬১ ৪৫ নি। উখ্রুলগী স্কুলদা গ্রাণ্ট ইন এড পীবদা স্টেটনা কন্ত্রোল তৌবগী অনৌবা নিয়মশিং দরবারগী প্রসিডেণ্টনা চহি অসিদা শেমদোকপা অদু মিশনসু য়াবমই। উখ্রুলগী মিসন স্কুলসু স্টেটকী গ্রাণ্টনা চল্লাইরমই। স্কুল অসিগী চহিগী পরিক্ষা Rev W Pettigrew না তৌরমই। মথক থংবা ক্লাসকী ছাত্র ২৪ মখা থংবা ক্লাসকী ছ ত্র ৬৩ পরিক্ষা তৌখি। পরিক্ষা অদুদা মথক থংবা ক্লাসতা ছাত্র ২ অমসুং মখা থংবা ক্লাসতা ছাত্র ৪২ পাশ তৌখি।

চহি অসিদগী ইউ পী পরিক্ষা অসি মথল অহুম থোক্না লৈখি। অহানবদা জেনেরল বৃত্তি অমসুং প্রমোসন অনিশুবদা মণিপুরি ভান ক্বুলার ইউ পী পরিক্ষা অমসুং সংস্কৃত ইউ পীঃ পরিক্ষানি। অহানবা পরিক্ষা অসি পাশ তৌরবদি এমঃ ঈ স্কুলদা মিং চনবা য়াদে। পরিক্ষা অসিদা মেরিৎকী মতুং ইন্না পাশ তৌবদা মকোক ওইবা ছাত্র ৪ দি স্কোলরসিপ পীখি। অনিশুবা পরিক্ষা অসিনা এলঃ পী স্কুলদা ওন্নাদি ওইরগা এল পী স্কুল পরিক্ষাতমক পাস

তৌবা ওঙ্গাশিংবু ইউ পী পরিক্ষা অসি পাস তৌনবা শীনবা পরিক্ষানি। অহুমশুবা পরিক্ষানা মণিপুরদা লৈবা সংস্কৃত টোল অহুমশীদমক শীনবা পরিক্ষানি। গৌহাটি কটন কলেজদা আই এ ৪, বি এ ৩, আশাম্বুলা স্কুল ওফ ইঞ্জিনিয়ারিং, ডাকাদা ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বা ৪, মেডিকল ২, বেঙ্গাল ভিটিনারি কলেজ, বেলগাচীয়াদা ভিটিনারি তম্বা ১ অমসুং বেনারস অমসুং নবদ্বীপতা সংস্কৃত তম্বা ৯ পুম্বা ছাত্র ২০ শেটনা বৃত্তি পীদুনা মণিপুরগী মপান্দা তমহনখি।

ইফালদা ইউ পী স্কুল ৩ লৈরম্বই। এল পী পরিক্ষা পাস তৌবা ছাত্রশিং স্কুলশিং অমুদা নিং চনবা য়ারম্বই। ইউ পী স্কুলশিংগী অপুনবা ছাত্র মশীং ৮৮ নি। এল পী স্কুল মশীংনা ৯৪ নি। স্কুল ৭৩ না ভল্পাক্তা ১ না জিরিবামদা অমসুং ২ না চীংদা লৈরম্বই। এল পী স্কুলশিংদা লৈবা ছাত্র মশীংনো নিপা মচা ৬ ৪৪ অমসুং নুপীমচা ২৫ নি। স্কুল কাবগী চাং চাংচংতা ৪৫২১ ৫ নি। ভল্পাক্তী প্রাইমারি স্কুলগী ওজা ১৬৬ নি। মসিগী মথক্তা চীংদা ওজা ২২ অমসু লৈরম্বই। স্কুলশঙশিংগী কীবম য়াম্না ফংলমদে। লেপ-থুমগী ফীবম ফত্তবনা মরম ওইদুনা থবক করি অমত্তা তৌবা ঙমলমদে। ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ১২ পরিক্ষা থাখি। ছাত্র ৭২ পাস তৌখি। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ৩ ১ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৬১ পাস তৌখি। চহি অসিগী মহৈ-মশিং তম্বদা শেটনা থরচ তৌবা লুপা ৬২,৯৬৬ নি। চীংগী স্কুলশিংদা লু ৭ ৩১ থরচ তৌখি।

৭ না চৌ যী অমত্তু অহুমনা মীতৈ নত্তবনি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ১৭৯ ৩৮ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৩৯ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৯১ পাশ তৌখি। ইং ১৯৩৪ গী মেট্রিক পরিক্ষাদা স্কুল অসিদগী ছাত্র ৩৪ থাগৎপদা ছাত্র ১৩ না কাষ্ট, ৯ না সেকণ্ড অমস্তুং অমনা থার্ড ডিভিজনদা পাশ তৌখি।

চুরাচান্দ হায়স্কুল অসি মেম্বর ৭ না শাবা কমিটি অমনা পুবমই। মেম্বরশিংগী মথুংদা অমদি দরবারনা থমি। স্কুল অসিনা শাক্কী বাজেৎ চগী লু ১০ চহিগী ওইনা অমস্তু চৌংনী ছাত্র অমা তম্বগী থাগী লু ১/১ সু চাংগী বজেৎতগী কংলমই। চহি অসিদা মহারাজনা স্কুল শঙ শাবা সোইশিনখি। স্কুল অসিদা ছাত্র ২৮৭ লৈবদা ২৩৭ না মীতৈ হিন্দু ১৫ না মীতৈ পাঙল, ২ না চৌ,মী অমস্তু অহুমনা মীতৈ নত্তবনি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ২০২ ৭৫ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ২১০ থাবদা ছাত্র ১৯৮ পরিক্ষাদা পাশ তৌখি। স্কুল অসিদগী মেট্রিকী ছাত্র ১৯ থাগৎপদা ছাত্র ৮ পাশ তৌখি। মণিপুরদা চহি অসিদা মণিপুর গার্লস হায়স্কুল কৌবা স্কুলীংচাগী প্রাইভেট হায়স্কুল অমা লিংখৎখি। “১৫ নি নি খোঙ্কাবদা অহু হুমিতা শ্রীযুৎ মহারাজগী স্কুল হোএ। মহারাজনা স্কুল মচাবু চাক পীজে। ইশৈ শকুন্দা কুশে তৌএ।” (চৈথারোল কুম্বাবা, অনিশুবা খুৎনম লমায়—৬১২) স্কুল অসি ময়েক শেংনা পরম-জবস্তু চুরাচান্দ হায়স্কুলগী অনৌবা শঙ শঙ্গাবনি। হুমিৎ অসি ই, ১৯৩৪ গী অক্টোবর তাং ২২ নি।

আই এ অমসুং মেট্রিক পাশ তৌরবা ছাত্রশিংদা অমৌবা বৃত্তি মরি পীখি। চহি অসিদা হৈটনা বৃত্তি পীহনা তমহনখিবা বি এ ১, বি এসি ১ আই এ ২ আই এসি ১ পাশ তৌহনা থোরকখি। চহি অসিদা বৃত্তি পীবদা লু ২৮৯৫ খরচ তৌখি। চহি অসিগী তম্পাক্কী মহৈ-মশিং তময়গী খরচ লু ৫ ২৫ নি।

## চীংগী মাহু মশিং তম্বা

চহি অসিদা চীংদা এল পী ৬২ লৈখি। সংখ্যাদা ৩১, উপ্রলদা ১৫ অমসুং তমে লোংদা ১৬ নি। চীংমীশিংনা মশাগী খুদং থাস্রোক্না অতৈ স্কুলদা তম্বা চৎপদা বৃত্তি পীখি। চীংমী ছাত্র মরিদা বৃত্তি পীহনা মণিপুরগী মপান্দা মহৈ তমহনখি। মখোয়-শিংছুদি তাংশুল ১, মেডিকেল তম্বা ১, কটন কলেজদা বি এ ১ অমসুং ঢাকাদা কনুই অমা ওভরশিয়ার ট্রেনিং থাখি। ইফালগী স্কুলশিংদা তম্বা চীংমীশিংদসু বৃত্তি পীখি। আমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনগী কাংপোকপীদা এম ই অমা লৈরমই। স্কুল অসিদা ওজা ৯ লৈখি। উপ্রলদা ইউ পী অমসু লৈরমই। এন ই আই জি এম গী চুরাচান্দপুরদা এম ই ১ অমসুং মহুদা ছাত্র ৬৪ লৈখি। বাইবল ইংলিস স্কুল অমসু লৈবমই। মিসনা থাদখিবা শেলকম লু ৭৮৫৫ নি। মিসন স্কুলশিংদা মীক্তৈলোন তম্বা কমা হোৎনবদা খরা খরদি ওদা য়াওরমই।

### ইং ১৯০৫-০৬

### (তম্পাক্কী মহৈ-মশিং তম্বা)

স্কুল ইনস্পেক্টরনগী থবক লেপলমদে। চহি অসিদা ডি আই না

হুমিং ১৬ অমসুং এস আই অনিনা মথংগিদনা হুমীং ২৫ অমং, হুমীং ২৭৩ স্কুল য়েংশিনবগী থবক তৌরম্মই। অমসুং স্কুল ৮৫ দা ছাত্র নিপামচা ৭০৯ অমসুং নুপীমচা ১৩৮ লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচঙ্‌বা ৪৮৮৪৮১ নি। নুপীমচা স্কুল ৪ দা নুপীমচা ১২৮ লৈখি। অতোপ্পা নুপীমচা ১৮৩ সু তোঙান তোঙানবা নিপামচা স্কুলদা তম্বখি। ইং ১৯৩৫ গী ডিসেম্বর থাদা তৌবা বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ৬২২ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৩২৯ পাশ তৌখি। পরিক্ষা অসিদা নুপীমচা ৩১ য়াওবদা নুপীমচা ১১ পাশ তৌখি। ইংলিশ ইউ পী স্কুল অহুমদা ছাত্র ৩৮৪ তম্বখি। ছাত্রশিং না স্কুল কাবগী চাংবা ৩৪১৩ নি। ইউ পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৭৫ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১ পাশ তৌখি। পাশ তৌবা ছাত্রশিংগী মরক্তা ২ দি নুপীমচানি। এল পী অমসুং ইউ পী স্কুলগী ওজা মশীং ২৩ নি। ওজা মনা মেট্রিক, ৬৭ না এম ই নংবা এম ভি নত্রগা ইউ পী, ১ না এল পী সার্টিফিকেট পাইরবনি। ওজা ৬ থক্তা সার্টিফিকেট পায়দে। ওজা ১৭২ না ট্রেনিং অমসুং ৩১ না পাংডদনি। চহি অসিদা কৈক্সা মপ্রাকা এম ই স্কুল হীগুণ্থাং মথাদা লি থংখি।

মণিপুর অস্পাক্তা সরকারগী এড ফংবা এম ই অমা, এড ফংদবা এম ই অহুম লৈরমই। সরকারগী মতেং ফংদবা এম ই অহুমদি রাম লাল পাল, নরসিংহ অমসুং নাম্বাল এম ই নি। জোনস্টোন হায়স্কুলদা ছাত্র ৩৩৩ তম্বখি। ছাত্র ৩১ না

মীতৈ হিন্দু, ৬ না মীতৈ পাঙল, ১৪ না চীংমী অমসুং অহানবা মীতৈ নত্তবনি। হায়রিশিংনা স্কুল কাবগী চাং ৩ ৫ ১৩ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৮২ থাবদা ছাত্র ২৩ পাশ তৌখি। ইং ১৯৩৬ গী মেট্রিক পরিক্ষাদা ছাত্র ২৬ থাগৎ পদা ছাত্র ১৫ না ফার্ষ্ট, ৫ না সেকেণ্ড অমসুং অমনা থার্ড ডিভিজনদা পাশ তৌখি। চুরাচাঁদ হায়স্কুলদা ছাত্র ৩২৬ তমখি। ছাত্র ২৮৬ না মীতৈ হিন্দু ১৩ না মীতৈ পাঙল, ২৭ না চীং-মীনি। হায়রিশিংনা স্কুল কাবগী চং চাংচৎতা ২৮৯ ১৬ নি। স্কুল অসিগী মপুনবা ওজানা ১৪ নি। ওজা ১ না মীতৈ হিন্দু, অহম্মা বাঙালী অমসুং পাঙল সোন্দা। মৈনি সোক্লবা মেট্রিক অমা য়াওই। স্কুল অসিগী পরিক্ষাদা ছাত্র ২৪১ পরিক্ষা পাবদা ছাত্র ২১৪ পাশ তৌখি। স্কুল অসিগী ছাত্র ৯ মেট্রিক থাহনবদা ছাত্র ৫ পাশ তৌখি। মণিপুর গার্লস হায়স্কুল কৌরবা অসি মণিপুর মহারাজনা মৈথিরবী মহাইদবনা তম্বাসাগী মমিংদা ওয়োকখিরবনি। স্কুলঅসি ইং ১৯৩৫ গা মে থাদা কোনুংদা অহানবা হৌরমই। মতুংদা মণিপুরগী মহারাজনা শাহুনা পীবা স্কুল শঙদা ইং ১৯৩৬ কী এপ্রিল তাং ১ দগী হৌজিনমই। ইং ১৯৩৬ কী ফেব্রুয়ারি থাদা অসাংগী ডি পী আই না স্কুল অসিবু প্রোভিজনেল রিকোগনিসন পীবগা লোইননা স্কুল অসিদা ক্লাস খী দগী নাইন ফ ওবা হাংবা য়াংহনমই। ইং ১৯৩৬ কী জনুয়ারি থাদগী স্কুল অসিবা গৈটনা থাগী রু ১ • পী গ্রান্ট পীমই। স্কুল অসিদা ওজা ৯ নৈখি। ওজাশিংদি বি এ, ও,

চল্লাইরমই। স্কুল অসিদা ছাত্র নিপামচা ১ অমসুং নুপীমচা ৭৮ লৈখি। উখ্রুল ইউ পী দা নিপামচা ৭২ অমসুং নুপীমচা ৬ তমখি। এল পী স্কুল ৩১ দা ওজা ৩৮ লৈখি। চহি অমত্তু লোইরকপদা ছাত্র নিপামচা ৪৩৬ নুপীমচা ১৭ লৈখি। জোরহাট খৃষ্টান স্কুলদা নিপামচা ৬ অমসুং গোলাঘাট গার্ল স হায়র স্কুলদা নুপীমচা ২ বৃত্তি পীগনা তমহনখি। মিসনগী অপুনবা খরচ দু ৫৩৪৪ নি। চৈথৈনা দু ১৫০ গ্রান্ট পীরমই। এন আই জি মিসনা এন ই স্কুল ১ ছাত্র ৮৮ গা লোইননা চল্লাইরনই। বাইবল স্কুল অমসুং ছাত্র ১৯ গা লোইননা চঙাচাদপুরদা চল্লাইরমই। খুল গী স্কুল ২৯ সু মিসনগী মখাদা চল্লাইরমই। অপুনবা ওজানা ২৩ অমসুং স্কুল ইন্সপেক্টর অমত্তু য়াওরমই। মিসনা মহৈ-মশিং তম্বদা খরচ তৌখিবা দু ৪৯৩৭ নি।

## ইং ১৯৩৬-৩৭
## (তম্পাক্কী মহৈ মশিং তম্বা)

চহি অসিদা লৈবা মণিপুর তম্পাক্কী এল পী স্কুল মশী, হৌখিবা চহিগা চপ মাত্নৈ। ইম্ফালদা ২৬, খুন্দা ৫৪ অমসুং জিরিবামদা ৫ পুম্না স্কুল ৮৫ লৈখি। অপুনবা এল পী স্কুলগী ছাত্র মশীংনা নিপামচা ৬৬৭৮ অমসুং নুপীমচা ৫৬ ইং ১৯৩৭ কী জন তাং ৩ কাওবদা লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ৪৯২৫ ৩৭ নি। নুপীমচা এল পী ৪ দা ছাত্রী ২৫ তমখি। মখোয়না স্কুল কাবগী চাংনা চাংচত্তা ১৫১ ৭১ নি। অতোপ্পা

দুর্গীমচা ১১৬ থকহৎ তোঙান ঙে চানবা নিপামচা এল পী ফুলদা তমখি। ই ১৯৩৬ কী ডিসেম্বর থাদা তৌখিবা বৃত্তি পরিক্ষাদা চাত্র ৬৪৯ পরিক্ষা থাদ্র। ছাত্র ৩৫০ পাশ তৌখি। পরিক্ষা অসিদা দুর্গীমচা ৩০ দুথ বা য়াওবদা দুর্গীমচা ১১ পাশ তৌখি। ইম্ফাল সেন্তরদা অসাম সংস্কৃত এসোশিয়েসনগী পরিক্ষাশিংদা ছাত্র ১৩ পাশ তৌখি। ইউ পী স্কুল অহুমদা ছাত্র ৩৮৬ লৈখি। ছাত্রী স্কুল কাবগী চা না ৩০৪ ৭৭ নি। ইউ পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৪৫ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ২৬ পাশ তৌখি। পরিক্ষা অসিদা দুর্গী-পীমচা অহুনম্থ য়াওবদা দুর্গীমচা অনিথক পাশ তৌখি। এল পী অমসুং ইউ পী স্কুলগী অপুনবা ওজা মশিং ১৯৮ নি। ওজাশিংগী মরোগী থাক মেত্রিক ৪ এর ই নত্রগা এম ভি নত্রগা ইউ পী ১৬২ এল পী ১ পারশিয়ান ১৭ অমসুং সংস্কৃত ৫ নি। ওজাশি অদু হিন্দু ১৬৯ অমসুং পাঙল ২৯ নি। এম ই স্কুলশিংগী হৌখি-বা চহিদগী ফীভম ইংহাং হোংদে। কোনসৌন স্কুলড হৌখিবা চহিদা কংখিবা এডিনো অদু চহি অসিদহ কায়দনা কংখি। ওজা ১৬ লৈখি। ওজা ১৩ না মীতৈ অমসুং অহুমনা বাঙালীনি। স্কুল অসিদা ইং ১৯৩৭ কী জুন তাং ৩ কাওবদা ছাত্র ৩৬৪ লৈখি। ছাত্র ৩৭৪ না মীতৈ হিন্দু,১ না খৃষ্টান,৮ না চৌ মীনি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ৩৪৬ ১৩ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৮৭ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ২৬ পাশ তৌখি। ইং ১৯৩৭ কী মেত্রিক পরিক্ষাদা ছাত্র ৩৮ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৮ না ফার্ষ্ট অমসুং ১১ না সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাশ তৌখি।

চুরাচান্দ হায়স্কুলদু হৌখিবা চহিদা কাখিবা স্টেট গ্রাণ্ট অদু কায়দনা কংখি। স্কুল অসিদা ওজা ১৪, ছাত্র ২৬৪ ইং ১৯৩৭ কী জুন তা, ৩০ কাওবদা লৈখি। ছাত্রশিংগী মরুপদা মীটৈ হিন্দু ৩১১, মীটৈ পাঙন ২, চীংমী ২৯ য়াওই। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগা চাংদা চাংচৎকা ৩১৩ ২২ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৩০০ পরিক্ষা থাকদা ছাত্র ২৭৪ পাশ তৌখি। চহি অসিদা স্কুল অসিগী ছাত্র ১৪ মেট্রিক পাশ তৌখি। তম্ফাউ গার্লস হায়স্কুলসু ইং ১৯৫৭ কী জুন তাং ৩০ কাওবদা ছাত্রী ৮৩ লৈখি। বেঙ্গালী হায়স্কুলসু হৌখিবা চহিদা কংখিবা গ্রাণ্ট অদু খুবম্বিদু কংখি। স্কুল অসিদা ওজা ১১ লৈবদা ওজা ৩ না মীটৈ অমসুং ৮ না বাঙালী নি। ওজাশিংগী মখোংগী থাক্না বি এ ৩, এম এ ১, আই এ ১, ভি এম ১, মেট্রিক ৪ অমসুং, অমনা মেট্রিক নত্তবনি। স্কুল অসিদা ইং ১৯৩৭ কী জুন তাং ৩ কাওবদা ছাত্র ১৮২ লৈখি। ছাত্র ৭৪ না মীটৈ হিন্দু ৬ না মীটৈ পাঙন, ১ না চীংমী অমসুং ১ ১ না বাঙালী অমসুং মীটৈবাক মচানি। স্কুল অসিগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চা চাংচৎতা ১৬৭ নি। চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৭২ থাবদা ছাত্র ১০৭ পাশ তৌখি। বৈয়োম হায়স্কুল হায়না কৌরবা হায়স্কুল অদু মহারাজকুমারা তোপীয়গী মি থোক্লগা চহি অসিমক্তদা স্কুল অসিগী স্কুলগীদু শাবা লোইখি। স্কুল অসিদা স্টেট সরকারনা থা থাগী ওইনা লু ১০০/১০০ সু গ্রাণ্ট পীখি।

অনৌবা বৃত্তি অহিং আইং এং পাশ তৌরকপা নিপামচা

অনিমা পীখি। থোইদোক হেক্লোকপা বৃত্তি অমত্তু আই এ সে-
কেণ্ড ইয়ার তৌবা ছাত্র অমদা পীখি। দৈনিকা বৃত্তি পীরবা মণিপুরগী
মপাঙ্গা লাইরিক তমলুবা বি এ ১, আই এস সি অমা, পাস
তৌদ্রুবা থোরকখি। চহি অসিদা বৃত্তি পীবা লু ২৮০ থরক
হৌখি। ডি. আই ও স্কুলশিংগী মহাক্কী ইন্সপেক্টিং স্টাফ এমং
আই অনিগা স্কুল য়েংশিনবগী থবকতু চংথরমই। ডি আই না
মশিং ১০, এস আই অনিনা মশিং ১৫২ অমসুং ১৯৭ স্কুল
য়েংবা চংলি। চহি অসিদা ইডুকেশন টেকনিক কমিটিগী মিটিং
অমুক ফমখি। চহি অসিগী মণিপুর কম্পাকী মতৌ-মশিং [illegible]
থাদখি। অতোপ্পা শেলফম লু ৫৩৫৮৪ নি।

## চীংগী মহৈ অসিং তথ্য

চী দা স্টেট এল পী স্কুল ৫৪ লৈরবদা সদরদা ২৩, উখ্রুলদা
৬ অমসুং তামেংলোংদা ১৫ লৈখি। চী মী ছাত্রশিংনা চুপ চাক্ক
হায়স্কুলদা তম্বদা থাগী ওইনা হায়স্কুল অসিদা ছাত্র অমগী লু ১/১
পীনগী থবকতু অহুম চংথরমই। সিগা মসি হায়স্কুলদা চী মী ছাত্র
২৯ তমখি। তাংখুল ১ অমসুং কুকি অমা ডিব্রুগড়দা মেডিকেল
তম্লদা অমনা কেম ওইবা অহুম অমনা কতবা থবক তৌবগী
মথোক্লা বা থাগী পীরবা লু ৩২/৩৪ গী বৃত্তি ককথংখি। কুকি
অমনা ঢাকা ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজদা অমসুং মাও নাগা অমনা
গৌহাটি কটন কলেজদা বৃত্তি পীদুনা লাইরিক কমখি।

-শিং ৫৫৮ নি। এম ই স্কুলশিংগী ছাত্র মীংনা নিপামচা ৭১৯ অমসুং নুপীমচা ১১৫ নি। নুপীমচা স্কুল ৪ দা পুম্বা ছাত্রী ১৮০ তমখি।

### ই. ১৯৩৮-৩৯
### (তম্নাকী মখল খশিং তথ্য)

চহি অসিদা প্রাইমারি স্কুল ৮৮ দা ছাত্র ৮০২৩ তমখি। ইউ পী ৩ নিপামচা এল পী ৬৮, নুপীমচা এল পী ৪, সংস্কৃত টোল ৩ অমসুং মক্তাব ১ লৈখি। মণিপুরীদা লৈবা হিন্দি স্কুল অমা মীটৈলোনগী স্কুল ওইহোকখি। স্কুলশিং অমুক হন্না শাখি অমসুং মা-ইখোনা রিপিয়ার তৌখি। প্রাইমারী স্কুল ওমা মশিং ২৩ নি। ছাত্রশিংগী মচৎশী থাক মেট্রিক ৭ এম ই ১৬২, এল পী ১, পারশিয়ান ৮, অমসুং সংস্কৃত ৬ নি। ছাত্র ৭৭২ না হিন্দি অমসুং ৩১ না পাওজনি। ইউ পী স্কুলগী ছাত্র ৪৭২ ই. ১৯৩৯ গী জুন তাং ৩ কাওবদা লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎপা ৩৬৩ ৪১ নি। ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ১৮২ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৯ পাশ তৌখি। এল পী স্কুল ৬৮ লৈবগী মধু দা ১৬ না ইস্কালদা, ৫ না ফিরিবামদা অমসুং অরেপ্পশিংনা মুক্‌দা লৈখি। ছাত্র নিপামচা ৭৬৮ অমসুং নুপীমচা ১৯ তমখি। ছাত্রনা স্কুল কাবগী চাং ৫৪৭৬ ০৪ নি। ই. ১৯৩৮ গী এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ৬২৯ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৩৮৬ পাশ ওইখি। সংস্কৃত টোল পুম্মক

ছাত্র ৩৪৩ লৈখি। ওজা ১ না মীতৈ নিপা অমগা বাঙালি অমনা পাংলম্মি। স্কুল অসিদা চী-নী ৩৮ তমখি। ছাত্রনা স্কুল কাবগী চান্দা ২৭২ ৯ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৩১ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ২৭ পাস ওইখি। মেট্রিক পরিক্ষাদা স্কুল অসিগী ছাত্র ৪৩ পরিক্ষা থাবদা ১০ না ফাষ্ট, ৯ না সেকেণ্ড অমসুং ৮ না থার্ড ডিভিজনদা পাস ওইখি।

থেঙ্গোলী হায়স্কুলদা স্টেট গ্রান্ট থাগী লু ৪০, ইম্পিরিয়েল গ্রান্ট লু ৩৪৫ অমসুং ইম্ফাল টাউন কমিটীদগী লু ২ থাগী ওইনা ফংলমই। স্কুল অসিদা বি এ অহুম য়াম্বা ওজা ১১ লৈখি। ইং ১৯৩৯ গী জুন তা ৩ দা ছাত্র ১৭৫ তমখি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৭৮ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৭৫ পাশ ওইখি। মেট্রিক পরিক্ষাদা ছাত্র ২ থাগৎলাগ লোইনা পাশ তৌখি। তম্ফাস্বা গার্লস হায়স্কুল অসি মী ১২ না শরু কমিটি অমনা শিন লমই। স্টেটকীগী গ্রান্ট লু ৫ থাগী ওইনা ফংখ। ওজা ফুগী অমা য়াওনা ওজা ১১ লৈখি। ওজা পুরুষ অমক লৈতেনি। স্কুল অসিদা ছাত্রী ৯৩ তমদা ছাত্রী ৯ না মীতৈ অমসুং অইনা চা-মানি। ছাত্রীগী স্কুল কবগী চান্দা ৮৪ ৯৫ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্রী ৮৪ পরিক্ষা য়াওবদা ছাত্রী ৭৩ পাশ তেখি। মেট্রিক পরিক্ষাদা ছাত্রী ৮ পরিক্ষা য়াওবদা ছাত্রী ৫ পাশ তৌখি। স্কুল ইন্সপেক্টরনগী মক ডি আই না শুমিৎ ৯৩ এস আই অনিনা মথংশিন্দা শুমিৎ ১৮৮ অমসুং ১৭২ কাইথোকখি। ইডুকেশন বৈঠকী কমিটিগী মীহৈ চহি অসিদা মতাবক য়মখি।

## চীংদা মহৈ মশিং তম্বা

চীংদা এটে পী ৫৭ অমসুং ইউ পী ৩ লৈখি। সদরদা ২৪ নোংপোক সব ডিভিজনদা ৮ অমসুং নোংচুপ সব ডিভিজনদা ১৮ লৈখি। ইম্ফাল ক্রিশ্চান অমসুং লেংমাইনদা তম্বা চীংমী চাত্র মখোয় ৫ গী বৃত্তি পীনবা লেপ্লম্মই। আমেরিকান বেপটিষ্ট মিশনগী মথাদা কাংপোকপী অমসুং উখ্রুলদা এম ই স্কুল অমসুং এল পী স্কুল কয়ামুক লৈরম্মই। এম ই অ ই স্কুলা মিশনদা এম ই স্কুল অমা ইংলিস বাইবল স্কুল অমা অমসুং থুপশিংদা লৈবা এল পী কয়ামুক চলাইরম্মই। চৈটনা চুড়াচান্দ হাইস্কুলদা তম্বা চীংমী ছাত্রগী চহিগী লু ২ পীবা অমসুং মখা তনা পীরম্মই। মোন মোন হাইস্কুলদা তম্বা চাত্র ৮ দা বৃত্তি পীখি। কটন ক লজ গৌহাটিদ ১, ডিব্রুগড়দা তম্বা ১ অমসুং ঢাকা মেডিকেল কলেজদা মেডিকেল তম্বা ১ বৃত্তি পীদুনা তমহনখি।

## ইং ১৯৩৯ ৪০

মণিপুরগী মহৈ-মশিং তম্বগী লোইশঙ অসি ইং ১৯৩৯ গী নবেম্বর তাং ২১ ফাওবা মণিপুরগী মহারাজগী মখাদা লৈখি। চহি অসিগী নবেম্বর তাং ২৩ দগী রাজকুমার ডাইরেক্টরগী মখাদা লৈখি। মণিপুর অপান্সা ইউ পী স্কুল ৩৩ লৈখি মফমদা নিপা-মচা ৪৮৪ অমসুং নুপীমচা ৩৭ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ৪ ৩৪২ নি। এল পী স্কুল ৮৩ দা নিপামচা ৮৪১০

অমসুং নুপীমচা ২০৪ তমখি । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ৬০২৪ ৫ নি । ছাত্র ৮৮ না মাঙোপ, ৭২৭ না মীতৈ পঙল, ৭৭৯৫ না মীতৈ হিন্দু, ১১ না চীনী অমসুং ২৪ না অতৈ অতৈনি । তম্ফাকা নুপীমচা স্কুল ৪ দা নুপীমচা ২৪৫ তমখি । মখোয়শিং অনি মীতৈ হিন্দু ঙাক্তনা । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ১৮৫২ ০৫ নি ।

সদর সব ডিভিজন - ইউ পী স্কুল ১ লৈবদা নিপামচা ১৫৫ অমসুং নুপীমচা ১১ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ১২ ৯৬ নি । এল পী. স্কুল কুন্নিথোইদা নিপামচা ৭৮৪ অমসুং নুপীমচা ২ তমখি । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ৬২১ ২৬নি ।

উখ্রুল সব ডিভিজন - ইউ পী স্কুল অমা লৈ । স্কুল অসিদা নিপামচা ৬ অমসুং নুপীমচা ২ তমখি । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ৪২ ২৮ নি । খুন্নংগী স্কুল ১৬ তা নিপামচা ৫৫১ অমসুং নুপীমচা ২৩ তমমনই । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ২৬১ নি ।

তমেংলোং সব ডিভিজন - ইউ পী স্কুল অমদা ছাত্র ৩ লৈখি । এল পী স্কুল ২ লৈখি । মফমদা নিপামচা ১২৮ অমসুং নুপীমচা ২৯ তমখি । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচৎতা ১৩৬ ৫২ নি । খুন্নংগী স্কুল তরামথা লৈরমই । স্কুলশিং অদুদা নিপামচা ২৯২ অমসুং নুপীমচা ১৪ তমখি । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ২৩৯ ১৬ নি ।

জোনষ্টোন হায়স্কুলদা চহি অসিদা ছাত্র ৩৮৪ তমখি । ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ৩৩৫ ১০ নি । স্কুলসিদা বি এ

৯ যাওনা ওজা ১৬ লৈখি। স্কুলগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৩১৫ পরি-
ক্ষা থাবদা ২৫১ পাশ ওইখি। স্কুল অসিদগী মেট্রিক পরিক্ষাদা
ছাত্র ৩ থাগৎপদা ছাত্র ৯ না ফাষ্ট ৮ না সেকেণ্ড অমসুং ১০ না
থার্ড ডিভিজনদা পাশ তৌখি। চুরাচান্দ হায়স্কুলদা ছাত্র ৩২৯
তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা ২৭৭ ৫৭ নি। স্কুল অসিদা
৫ যাওনা ওজা ১৪ লৈখি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা
ছাত্র ২৬৫ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ২৪২ পাশ ওইখি। স্কুল অসিদগী
মেট্রিক পরিক্ষাদা ছাত্র ২৬ থাংদা ছাত্র ২ না ফাষ্ট ৫ না সেকেণ্ড
অমসুং ৫ না থার্ড ডিভিজনদা পাশ তৌখি। বেঙ্গালী হায়স্কুলদা
ছাত্র ১৫৭ অমসুং বি এ অহুম যাওনা ওজা তরামাথোই লৈখি।
ভোমীয়া হায়স্কুলদা ছাত্র ২৪৩ তমখি। ছাত্রনা স্কুল কাবগী চাংনা
চাদা ৮৮ ৬ নি। স্কুল অসিদা বি এ ওজা ৫ যাওনা ওজা ১
লৈখি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৮ থাবদা ছাত্র ১৬৫
পাশ তৌখি। মেট্রিক পরিক্ষাদা ছাত্র ৯ থাগৎপদা ছাত্র ৩ পাশ
তৌখি। তম্ফাম্না গার্লস হায়স্কুলদা চহি অসিদা ছাত্রী ১ ১
তমখি। ছাত্রীশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাদা ৯২ ৭৯ নি। স্কুল
অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্রী ৮৩ থাবদা ছাত্রী ৭৩ পাশ তৌখি।
স্কুল অসিদগী ছাত্রী মরি মেট্রিক থানবা থাগৎপদা ছাত্রী ৩ পাশ
তৌখি। লম্ফাল এম ঈ স্কুলদা ছাত্র ৫৭ তমখি। স্কুল কাবগী চাং
চাংচৎপা ৪২ নি। স্কুল অসিদা বি এ অমা যাওনা ওজা ৫ লৈখি।
লৈকাই এম ঈ দা ছাত্র ৯৫ তমখি। ছাত্রশিংনা মোয়েগী চাংচৎতা
স্কুল কাবগী চাং ৯১ ১ নি। স্কুল অসিদা ওজা ৪ লৈখি। চহি

অসিদা লোকচাওবুদা লিংখৎখিবা নরসিং এম ঈ স্কুল মুথৎখি।

চহি অসিদা মহারাজকুমার জয়সিংহবু মোয়া কলেজ, আজমীরদা অমসুং মহারাজকুমারি বিনোদিনি দেবীবু সেন্ট মেরি কলেজ শিলাংদা, তম্বা বৃত্তি পী খি। চহিসিদা তম্পাকী ছাত্র ৯ দা বৃত্তি পীখি। খোংজাই ৭, তাংখুল ১, ডাকাদা ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বা, খোংজাই অমগা মাচ অমগা কটন কলেজ গৌহাটিদা অমসুং খো জাই অমবুনা সেন্ট এন্থোনি কলেজ, শিলোংদা তম্বগী বৃত্তি ষ্টেটনা পীদুনা থাখি। উখ্রুলদা ষ্টেট এন ঈ স্কুল অমা লৈবা অদুগী কা ১১ শাখি। অতৈ এম ঈ শি না নিসন্না চলাইরমই। এন ঈ আই ডি মিসনগী মখাদা এম ঈ স্কুল অমা চুরাচান্দপুরদা লৈখি। স্কুল অদুদা ছাত্র ১৭৭ লৈখি। উখ্রুল অমসুং কাংপোকপী এন ঈ স্কুল অনিদি অমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনগী মখাদা লৈখি। উখ্রুলদা লৈবা ইউ উইভি স্কুল খুমাঙ যাম্না চাওশিনখি।

## ইং ১৯৪০ - ৪১

মণিপুরগী মহৈ মশিং তম্বগী লোইশঙ অসি রাজকুমার ভাস্করনা চার্জ পুরমই। প্রাইমারি স্কুল ৯০ তম্পাক্তা লৈখি। স্কুল শিং অসিদা তম্বা অপুনবা ছাত্রনা ৭৩৬৭ নি। ইউ পী স্কুল ৩ লৈরমই। তম্পাকী প্রাইমারি ৯০ গী মনুংদা ৭ না নিপামচা এল পী, ৪ না নুপীমচা এল পী, অহুমনা সংস্কৃত টোল ১০ না মখাশানি। ইউ পী স্কুল অহুমক ইম্ফালদা লৈবনি। মথকী

শীরিবা রেকোর্ডশিং অসি ইং ১৯৪১ শী জুন তা' ৩ ফাওবদা লৈবনি। এল পী স্কুল ৭ অসিগী মতুংদা ১৬ না ইস্কালদা, ৫ না হিরিবামদা, লেমহৌনা মখৈনা থুংলদা লৈবনি। এল পী গী ছাত্র নিপামচা ৪২৫ অমসুং কুপীমচ ১ ৭ নি। ছাত্রশি না স্কুল কাবগী চাংনা ৩৩৩৲ ১৩ নি। ন্যশ্যাল এম ই স্কুলদা নিপামচা ৮১ তমখি। কৈক্তা মত্রাশা এম ই দনা ছাত্র ৯১ লখি। জো-ন ষ্টান হায়স্কুল অমসুং চুরা'চা,ন্দ হায়স্কুল অনিনা মথংশিংনা লু ৫ অমসুং লু ১ ০ চেটগী গ্রান্ট ফংখি। মণিপুরদা অনৌবা পাম্মখংশা ওইন্না ইস্কালদগী এ সি সিংহ কৌবা অমনা লম-দম অহুগী প্রজাদগী লেনখাইনচিংবা চৌত্থনা কাক্সিপুর পোলি-টেক্নীক স্কুল লিংখৎখি। স্কুল অসি মহারাজকুমার পুযোবৎ সি হনা প্রেসিডেন্ট ওইবা কমিটি মেহর ৫ না পুরমই। চেটনা স্কুল অসিদা গ্রান্ট লু ৩ /৩ থাগী ওইনা পীরমই। স্কুল অসিদা ওজা মাংপল লৈখি। ছাত্রনা ৲৯১ নি। স্কুল অসিদা কি শাবা থুংম্মাক শাবা, অমসুং কি তুবগা লোয়ননা ময়াম্না তম্বা বিষয়শিংসু তমলমই।

চহি অসিদা জোনষ্টোন হ'যস্কুলদা বি এ ৲ যাওনা ওজা ৲৬ লৈখি। চহি অসিদা স্কুল অসিগী মেত্রিক পরিক্ষা যাওখিবা ছাত্রশিংগী মধুংদা ৬ না ফার্ষ্ট, ৲১ না সেকেণ্ড অমসুং ৮ না থার্ড ডিভিজন্না পাশ তৌখি। চুরাচান্দ হায়স্কুলদা বি এ ৫ যাওনা ওজা ১৪ লৈখি। মেত্রিক পরিক্ষাদা স্কুল অসিগী ছাত্র ১২ পাশ ওইখি। ন্যশ্যাল এম ই স্কুলদা বি এ ১ যাওনা ওজা ৫ লৈখি। স্কুল অসিগী অপুনবা ছাত্রনা ৪৮ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং

চা‌ংচংবা ৩৯ নি। কৈদা এম ই মত্র শংগী লৈখিবা ওজা মনীংনা ৫ নি। স্কুল অসিদা চহি অসিদা ছাত্র ৯১ তমখি। ছাত্রশিংগী স্কুল কাদগী চাংনা ৮৪.৫ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৮২ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৭০ পাস তৌখি।

চাংগী লমদা সব ডিভিজন খুদিংগী ইউ পী স্কুল অমমম লৈখি। উখ্রুলদা এম ই স্কুল অমা লৈবমই। এল পী স্কুল ২৮ চাংদা লৈবগী মখুংদা ২২ না সরকারদা, ৪ না নোংপোকপা, ২ না নোংচুপতা লৈখি। খুঙংগী স্কুল ৩২ মু লৈবমই। স্কুলশিং অসি নোংপোকপা ১৫ অমসুং নোংচুপ সব-ডিভিজনদা ১৭ লৈখি। অমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনবা কাংলাকপী অমসুং উখ্রুলদা এম ই অমমম চলাইবমই। মসিনা নত্তনা মিসন অসিগী মখাদা প্রাইমারি স্কুল কপামুকস্ত লৈবগই। চাংমৌশিংদা মণিপুরগী হপাকপা লাইরিক তম্মবা অনস্ত তম্পাক্ত এন ই অমসুং হায়স্কুলশিংদা তম্মবা খুডিং পীরমই।

## ইং ১৯৪১-৪২ অমসুং ইং ১৯৪২ ৪৩

ইং ১৯৪১ দগী ইং ১৯৪২ ফাওবদা মণিপুরদা মহৈ মশিং তম্মগী থবক্তা কয়া য়াম্না খুমং চাওশিনখি হায়বা অসি চপ চাবা রেকার্ড ফংবা ঙমদবদগী চহি অনি অসিগী অফওবা থবা মখাদা শমলপা ইজনি। ইং ১৯৪২ গী মে তাং ১০ দা ইম্ফালদা অহানবা বোম তাখিবা খুদিং অহুগী মমাংদদি মণিপুরদা অনিশুবা পৃথিবীগী লানাওগী ইরাং লাক্রবসু মহৈ-মশিং তম্মদা থোইদোক্তা অকায়বা

খোকখিদে। অহানবা বোম ওয়াবা ইং ১৯৪২ গী মে তাং ১০ গী মতুংদা ইম্ফালগী স্কুল পুম্নমক লাইবিক ওন্না লেপ্লখি। লালগী ইরাং কনখৎনরকপনা মথক্তা চহি অনি অসিদা অনৌবা স্কুল অমা হাওবা ঙমখিদে। জোনষ্টোন হায়স্কুল অমসুং চুরাচান্দ হায়স্কুল অনিমক অহুম চংখি। স্কুল অনি অসিদা সরকারনা লু ৫ অমসুং লু ১ গী গ্রান্ট পীখি। নখোল এম ঈ স্কুল অমসুং হৈকপা এম ঈ মরাপা চাং নাইনা ক্লাস হৌখি। ইং ১৯৪২-৪৩ দা মণিপুরগী এল পী স্কুলশিংদা লৈখিবা ছাত্র নিপামচা অমসুং নুপীমচা পুম্নগা ৪৬৪১ নি। ইম্ফালদা লৈবা নুপীমচা স্কুল অনিদা ইং ১৯৪২-৪৩ দা লৈখিবা ছাত্রী মশিং ৬৮ নি। কাঙ্খিপুং পালিটেক্নিক স্কুলসু অহুম চংলাইখ। স্কুল অসিদা চহি অসিগী থগী হৈটে গ্রান্ট লু ৩/৩০ পীরম্ম অহুম মথা তানা পীরম্ম। অমেরিকান বেপটিষ্ট মি-সন্না কাংপোকপী অমসুং উখ্রুলদা এম ঈ স্কুল অমমম চলাইরম্মই। এম ঈ স্কুল অনি অসিদা নওনা খুন্দগা স্কুল কথা কনচংগা লমদা শিন্দ লমপী। মখোয়না চাগী ছাত্রশিংগী কনবা থবক কয়া লোৎখৎলমই। মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্ব চাংনা ছাত্র-শিংনা বৃত্তি পীবগা থবকসু অহুম মথা চংখি। নোথ ইষ্ট ইন্ডিয়া জেনেরেল মিসনা চুরাচান্দপুরদা এম ঈ স্কুল অমা অমসুং বাইবল ইন্সটিটুট অমসু মখোয়গী মথাদা চলাইরমই। স্কুল অনি অসিদা নওনা খুলশিংদা লৈবা স্কুল কয়ামুকসু মিশন অসিনা শেল-থুম পু-খোক্লুনা শিন্দ লমই। চাংগী লমদম্ম মিশনরিশিংনা মহৈ মশিং তম্বগী থবক্তা অচৌবা খোনাও হৌখি।

## ইং ১৯৪৩ - ৪৪

### (তম্পাক্কী লমদা মহৈ-মশিং তম্বা)

মণিপুরগী মহৈ-মশিং তম্বগী লোইশঙ অসি চহি অসিগী অহানবা থা ওবেংতি রাজকুমার ভাস্কর সিংহগী মখাদা লৈরমই। চহিগী আরোয়বা থা মতাংদা বাহেংবম সুরজাও সিংহনা চার্জ পুখি। চহি অসিদা মণিপুর তম্পাক্কী লমদা প্রাইমারি স্কুল ৮৯ লৈখি। স্কুলশিং অসিদা নিপামচা ২৫৮৩ অমসুং নুপীমচা ১৭২ লৈখি। প্রাইমারি ৮৯ গী মনুংদা অহমবা ইউ পী স্কুল ৭০ না নিপামচা এম পী স্কুল, ২ না নুপীমচা স্কুল, ১ না মত্রাপা অমসুং অমনা সংস্কৃত টোলনি। ইউ পী স্কুল অহমদা ছাত্র ১৬ তমখি। থৈউ ইউ পী পরিক্ষাদা ছাত্র ৫০ পরিক্ষা ফমদা ছাত্র ৩৫ পরিক্ষা পাশ তৌখি। নিপামচা এল পী স্কুল ৭ গী মনুংদা ১৬ না ইস্কুলদা ৫ না জিরিবামদা অমসুং অবসুনা খুঙ্গংগী লমদা লৈখি। এল পী স্কুলশিং অসিদা লৈখিবা অপুনবা ছাত্র মশীংনা নিপামচা অমসুং নুপীমচা পুম্নমক ৩৮৫৬ নি। খুদাংচাদবা কয়া লৈবগী এল পী পরিক্ষা চাং যামনা পাংথোকপা ঙমখিদে। মথম অসিনা চিনফাগী পরিক্ষা হৈনা তৌখি। চিনকা পরিক্ষা অসি তৌনবগীদমক স্কুল মচা মতানা পুনশিনবা পরিক্ষা সেন্টর অমমম শেমখি। চিনকা পরিক্ষা অসিনা কোনবা ঙমহৌদবা স্কুলশিং লৈরমই। অহুগুদা স্কুলশিংগী ছাত্রশিংদি স্কুল স্কুলশিং তমুগী হেড পন্ডিতনা শক্তিক চাবা ছাত্রশিংবু মহৈ-মশিং লোয়নবা

রিকোমেন্দ তৌরমই। হেড পন্ডিতশিংনা রিকোমেন্দ তৌরকপা ছাত্রশিংবু স্কুল লিভিং সার্টিফিকেত পীখি।

হুপীমচা স্কুল অনিদা হুপীমচা ৯৭ তমখি। অতোপ্পা হুপীমচা ৭৫ থকন্ অতোপ্পা নিপামচা স্কুলশিংদা তমখি। সংস্কৃত টোল অহুম লৈরম্বা অদু চহি অনিদা টোল অমখক্তা ডাইখি। মত্রাশা ১ দা পাওন নিপামচা অমসুং হুপীমচাশি তমই। মত্রাশাশিং অসিদা এম পী স্কুলগী কোস কী মখক্তা ইসলামিক লোলগী কোর্স অমসু তমহনমই। চহি অসিদা লৈখিবা প্রাইমারি স্কুল-শিংগী ওজা মশাং ১৫৮ নি। ওজাশিংগী মরুংদা মেট্রিক ৫ মেট্রিক থারুবা পাশতি তৌহৌরবা ৭০ অমসু মৌলবী ১১ থাওই। ওজা ১২৮ না হিন্দু অমসু ৩ না পাঙলনি। এম পী স্কুলগী ছাত্রশিংদদি ফী লৌদে। তৌইশুবনা, ইউ পী স্কুলগী ছাত্রশিংদগীদি ফী খরা খরা লৌই।

কৈজা এম ই স্কুলগী শঙ লাম্বীনা লৌশিনখিবদ ৗ থেরুগাও এম পী মত্রাশাগী শঙ হায়রগা স্কুল তমলমই। স্কুল অসিদা ছাত্র ৫ তমখি। স্কুল অসিদা অসাম সরকারদগী নু ৩০ থা থাগী অমসুং ষ্টেট সরকারদগী নু ২/২ থাগী ওইনা গ্রান্ট পীরমই। স্কুল অসিগী ওজা মশীং ৩ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাদা ৮৭ নি। চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৯ থাবদা ছাত্র ৯ পাশ তৌখি। কাচিপুর পোলিটিক্নিক স্কুলদু মতন থরুগী ওইবা শঙ অমা হায়রগা স্কুল চংথরমই। স্কুল অসিদা চহি অসিদা ছাত্র ২৩২ অমসুং ওজা ৬ লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাংচৎতা ১৯৭ নি। স্কুল

সরকারনা চুরাচান্দপুর অমত্তু টাঙবীদা ইউ পী স্কুল অমমম লি - গনি হান্না তৌরম্বা অহু লাননগী ফীভম ফংবনা মরম ওইদুনা হৈখোকখি। হৌখিবা চহিদা বৃত্তি ফংদুনা শিলোং গোভর্নমেণ্ট হায়স্কুলদা তমখিবা তাংখুল ছাত্র ৩ অমসুং কুকি ছাত্র ২ মখোয়গী বৃত্তি মথা ৫ না ফংদুনা ম্যাট্রিক তমথখি। অতোপ্পা চাংগী ছাত্র কয়মনা কলকতাগী সেণ্ট পোল কলেজদা বৃত্তি ফংদুনা তমখি। ডিব্রুগড অমসুং ঢাকা মেডিকেল কালেজদা ছাত্র অনি মেডিকেল তমখি। অমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনা কাংপোকপীদা এম ঈ স্কুল অমা অমসুং প্রাইমারি স্কুল কয়ামুক চল্লি হৌরমই। লাম্নীগী ওপরে সন্না মরম ওইদুনা মিসনরি Mr Brock চাংদগী ইম্ফাল তম্পাক্তা চেল্লকখি। মহৈ মশিং তম্বগী হিরদা থরায় যাওরবা Mr অমসুং Mrs Rostad ইম্ফালদা ই, ১৯৫২ দা অহানবা বোম তারা অফুদগী মণিপুর থাদোকুনা চৎখি। এন ঈ আই ফি মিসন্না চুরাচান্দপুররোমদা চংথবা স্কুলশিংগী থবকসু মাপানগী লাম্নীনা টিডিম রোডলোমদা লাকপদগী অকায়রবা পীখি।

## ই, ১৯৪৪ ৪৫

## (তম্পাক্কী মহৈদা মাহ্ৰ মশিং হৈচা)

ই ১৯৪৫ গী মার্চ তা ২ কাওবা মহৈ মশিং লোয়র্ণগী থবক অসি বাহেংথম নুমজাও সিংহ দয়বার মেথমনা পুখি। চহি অনিগী লেমহৌবা মফম্দা এম রাধামোহন সিংহ বি এ না পুখি।

ডি আই ওফ স্কুলসকী থবক্ এল থাগোম্ গিংহনা পুখি। ডি আই না চহি অসিদা স্কুমিং ৬৮ অমসুং এস আই অনিনা মথং শিংনা স্কুমিং ১৩৭ অমসুং ১৩ স্কুল য়েংশিনবগী থবক তৌখি চহি অসিদা ইডুকেশন কৈন্সিং কমিটিগী মিটিং অহমলক কমখি। চহি অসিদা প্রাইমারি স্কুল ৮৭ লৈখি। স্কুলশিং অসিদা তমখিবা অপুনবা ছাত্র মশিংনা ৮৩৯১ নি। স্কুল ৮৭ কী মনুংদা ৩ না ইউ পী ৬৯ না নিপামচা এল পী ৩৪ না মুপীমচা স্কুল, অমনা সংস্কৃত টোল অমত্তা ১ না মদ্রাশানি। অপুনবা ওজা মশি না ১৮৩ নি। ওজাশিংগী মনুংদা ৭ না মেত্রিক, ১৯ না মৌলবী অমসুং ২ না সংস্কৃত ওজা য়াওই। চহি অসিদা স্কুল থরা থুগায়খিরমই। মসি শাম্নীনা লৈশনলদা মুগাইনবগীদমক লেনশাবদগীনি। মরম অসিনা কৈটনা থরচ ৌবগা শত থরা বাযেবগা স্কুলশিং লাইবিক তম্বা চংথরকই। ইউ পী স্কুল অহুম থক ইন্সপেকদা লৈরমই। চহি অসিগী ইউ পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ১৩০ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৬৯ পাশ তৌখি। এল পী স্কুল ৬৭ লৈবদা ইস্কলনা ১৫ ভিরিবামদা ৫ অমসুং অবেন্না মশিং খুজাদা লৈখি। চহি নাইনা তৌরবা এল পী বৃত্তি পরিক্ষা চহি অনি পেশ্বাক্ষিরবা মনুংদা চহি অসিদা তৌখি। বৃত্তি পরিক্ষা অসিদা ছাত্র ৪৯১ পরিক্ষা য়াওখি। ছাত্র ৩১ পাশ তৌখ। মুপিমচা স্কুল ৪ দা ছাত্রী ২৬৫ তমখি। মুপিমচা ২ থকতু অ ৩ না নিপামচা স্কুলশিংদা তমলমই। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্রী ৩৭ পরিক্ষা থাবদা ছাত্রী ৫২ পাশ তৌখি। ইউ পী বৃত্তি পরিক্ষাদা মুপামচা অনি পাশ তৌখি।

কৈজা এম ই মহাশাদা ওজা অনিগা ছাত্র ৪৫ গা লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাদা ৮ নি। চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ১২ থাবদা ছাত্র গোইনবক পাশ তৌখি। স্কুল অসিদা স্টেটনা দু ২ /২ থা থাগী ওইনা পীবা অহুম্ব মথা চংখরমই। নহোপ এম ই স্কুলদা ওজা ৪ গা ছাত্র ২৬ কা চহি অসিদা লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাদা ৭৬ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৭৩ থ বদা ছাত্র ৬৩ পাশ তৌখি। স্কুল অসিদা সরকারনা থাগী ওইনা দু ৪ /৪ গী গ্রান্ট মথা ও না পীখি। কাকিপুর পোলিটেকনিক স্কুলদা ওজা ৮ অমসুং ছাত্র ৮২ চহি অসিদা লৈখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাদা ৭৩ ০ নি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৬১ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৫৫ পাশ ওইখি। থাংগমপল্লিদা লৈবা হেড মাস্টরগী খুমদা ফে নটৌন স্কুল তমখি। চহি অসিদা জোনাথন হায়স্কুলদা ছাত্র ২১ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংনা চাদা ৮৮ ৬৫ নি। বি এ ৫ য ও না ওজা ৯ লৈখি। চহি অসিদা ছাত্র ১৯৮ স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষা থাওখি। ছাত্র ১৬১ পাশ তৌখি। মেট্রিক পরিক্ষাদা স্কুল অসিদগী ছাত্র ১১ থাগৎখি। ছাত্র ২ না ফার্স্ট ডিভিশন অমসুং অহনবা থাক ডিভিজনদা পাশ তৌখি। চুরাচান্দ হায়স্কুলগী স্কুলশঙ লাম্বীনা লৈশিনখিবদগী দববাবগী এডুকেশন মেম্বরগী অথাবা মাওরগা মদনমোহন এল পী স্কুলগা শঙ বাররনা স্কুল তম্বা চংখরমই। চহি অসিদা ৬৪ট গ্রান্ট দু ১ ফংখি। স্কুল অসিদা ওজা ১২ লৈবরই। ওজাশিংগী মহৈগী থাকনা বি এ ৪০

অদম্ব গ্রেজুয়েট ৩, মেট্রিক ৩, হিন্দি ওজ ১, অমসু মৌলবী অমনি। চহি অসিদা স্কুল অসিদা ছাত্র ২৬৭ তমখি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাংগী চাদা ৬ ৬ নি। স্কুল শাসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ২৪৮ পরিক্ষা খংবদা ছাত্র ২৪১ পাশ ওইখি। চহি অসিদা মেট্রিক পরিক্ষা য়াওনবা ছাত্র ৬ থক খংগৎখি। ছাত্র ৬ মক পাশ তৌখি।

## (চীংগী মহৈ মশিং চয়া)

চীংগী স্কুল পুমনমক কপানশিংনা চৎশবা মতু দা য়াম্না থেঙনা চাংদোকখি। সদর সব ডিভিজন্দা প্রাইমারি স্কুল ১৭ লৈরমই। উখ্রুল সব-ডিভিজন্দা এম ঈ ১ ইউ পী ৭ এল পী ৩ অমসুং খুঙ্গ গী স্কুল ১৩ অমগা লৈখি। অপুনবা ছাত্র মশীং ৩৬৩ নি। এম ঈ স্কুলগী ওজা ৭১ য়াংঙনা পুম্না ওজা ৩৫ লৈখি। তামংলোংসব-ডিভিজন্দা এম ঈ ১, ইউ পী ১, এল পী ১ অমসু খুঙ্গগী স্কুল ৭৪ থবক চলাইখি। অপুনবা ছাত্রনা এম ঈ স্কুলগী ছাত্র ৭৯৫ য়াংবগা ছাত্র ৪৫৪ নি। অপুনবা ওজা মশী না এম ঈ স্কুলগী ওজা ৮ য়াওরগা ওজা ২৬ নি।

## ইং ১৯৪৫-৪৬

চহি অসিদা এম রাধামোহোন সিংহ বি এ দরবার মেম্বরনা মণিপুরগী মহৈ মশিং তঙ্কগী থবক যেংশিনমই। মতম অসিদা ডি আই ওইরিবা এল থাগোর সিংহনা স্কুলসিং য়েংন্নবী Inspecting Staff এস আই অনিগা লোয়নন্না য়েংশিনবা চৎলি। ডি আই.না

তমিং ৮১ অমসুং এস৹ম ই অনিনা মথʼশিংনা মুদিং ১৯২ অমসুং ১৯১ স্কুল যেংশিনবা চংলি। চহি অসিদা ইডুকেশন ট্রেনিং কমিটিগী মিটিং মঙাবক কমস্ত্ৰ। মহৈ মশি তম্বগী থবক্তা খুমাং চাওশিনবা বাবি।

## (তম্পাক্তী মʼহ মশিং তম্বা)

তম্পাক্তা প্রাইমারি স্কুল ৯১ লৈখি। স্কুলশিং অসিদা ছাত্র ১২৬৭৩ ত খি। স্কুলশিং অহুমদি হৈ স্কী ৩ নিপামচা এল পী ৭১, মুপীমচা এল পী ৫, সংস্কৃত টোল ৩, অমসু মদ্রাশা ১ নি। মেত্রিক ৯ মৌলবী ১৮ অমসুং সংস্কৃত ৫ যাওনা পুম্বা ২১১ লৈখি। চহি অসিদা দবকার ওইবা মকনদা স্কুলশঙ নৌনা শাখি। ইউ পী অহুমদগী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ২১৪ পরিক্ষা থাখি। ছাত্র ১৩৭ পাশ ওইখি। নিপামচা এল পী: ৭০ পী মনুংদা ১৫ না ইস্কালদা। ৫ না জিবিবামদা অমস্ত লেমহৌবনা থুম্বংদা লৈবমই। এল পী বৃত্তি পরিক্ষাদা ছাত্র ১০৬ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ৬০৩ পাশ ওইখি। মুপিমচা এল পী ৪ দগী ছাত্রী ৪৪ ইউ পী বৃত্তি পরিক্ষা থাবদা ছাত্রী কুনমাপল পাশ ওইখি। স্কুলশিং অসিদা লৈবা অপুনবা ছাত্র মশিং ৩৭৭ নি। অনাম সংস্কৃত বোর্ডকী পরিক্ষাদা ছাত্র ৪৪ পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১২পাশ ওইখি। নর্মাল অমসুং বৈক্তা এম ঈ স্কুলশিং চহি অসিদসু থাগী গ্রান্ট লু ৪/৪ অহুম মথা তানা কখি। নর্মাল এম ঈ দা পুম্বা ৪

হেনগংখি। মতম কুইনা থিংঙ্না লৈকখবা তোর্বাঙ্গা হায়স্কুল উল্লিপোক্তা ই ১৯৪৫ গী এপ্রিল তা, ২৭ তা হাংখি। মফম অদুদা মতম খর লৈরগা মশাগী স্কুল শঙদা ই, ১৯৪৬ কী মার্চ্চ তাং ১ দা হোংজিনখি। স্কুল অসিদা বি এ ৪ অমসুং অন্দর গ্রেজুয়েট ২ য়াওনা ওজা ১৩ লৈখি। ষ্টেট সরকারদগী লু ১ ০/১ থা থাগী গ্রান্টসু ফংলমই। স্কুল অসিগী অপুনবা ছাত্রশিং ৪৭৭ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চা নোংমদা চাদা ৭৫ ৮২ নি। ছাত্র ১৫৯ স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষা থাবদা ছাত্র ১৪৮ পাশ তৌখি। স্কুল অসিদগী ছাত্র ৩ মেট্রিক থাবদা ছাত্র অমথক সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাশ তৌখি। তঙ্খাঙ্গা গাম স হায়স্কুলসু মতম কুংনা চহি অহুম থিংনুরবা মতুংদা ই ১৯৪৫ গী মার্চ্চ তা, ৫ দা হ, খি। লান মমাংদা লৈরম্বা স্কুল কমিটিনা স্কুল অদু চল্লাইরমই। স্কুল অসিনা থাদা লু ১৫ সরকারনা পিরম্বা গ্রান্ট অসু ডি এ পীবগা মওংদা চাদা ৪ হেনগৎখি। গ্রান্ট হেনগৎখিবা অসি তা ১-৬-৪৫ ইংদগীনি। স্কুল অসিদা মপুম ওইনা লু ১০ গী মাতং অনসু পীরমই। চহি অসিদা স্কুল অসিদ। চাংমী দুপীমচা ৪ য়াওনা দুপী মচা ১৪৯ তমখি। ছাত্রশিংনা নোংমদা স্কুল কাবগী চা, চাদা ৭১ ৬৭ নি। স্কুল অসিদা বি এ ৩ অন্দর গ্রেজুয়েত ২ য়াওনা ওজা ১ লৈখি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৬৫ পরিক্ষা থাবদা ৬১ পাশ তৌখি।

### (চীংগী মায় মশিং তম্না)

চীংগী স্কুল অয়াম্বা লান মতমদগী মফম খঙদনা লৈখি।

সদর সব-ডিভিজনদা ইউ পী ১, এল পী ১৪ অমসুং থুংংবী স্কুল ৬ য়াওনা প্রাইমারি স্কুল ২১ লৈখি। চহি অসিদা মাইকৈ আসাম-দগী ছায়স্কুল তম্বা ছাত্রনা বৃত্তি ২৬ পীখি। স্কুলশিং অসিদা ওজা ৩২ লৈখি। অপুনবা ছাত্র মশী না ১১৯৭ নি। স্কুলশিং অসিগী ছাত্রশিংনা মোংমগী স্কুল কাবগী চাং ১ ৫২ ২২ নি। নোংচুপ সব-ডিভিজনদা স্কুল ১৬ লৈখি। স্কুলশিং অমুদি এম ঈ ১, ইউ পী ১, এল পী ২ অমসুং থুংংবী স্কুল ১২ নি। সব-ডিভিজন অসিগী অপুনবা ছাত্র মশীং ৭৫৬ নি। ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচংতা ৫৬ ১৪ নি। স্কুলশিং অসিদা পুম্না ওজা ৩২ লৈখি। নোংপোক সব ডিভিজনদা এম ঈ ১, ইউ পী ২, এল পী ৫ অমসুং থুংংবী স্কুল ১২ চহি অসিদা লৈখি। চহি অসিদা লৈখিবা অপুনবা ছাত্র মশিংনা ৫৯ নি। স্কুলশিং অসিগী ছাত্রশিংনা স্কুল কাবগী চাং চাংচংতা ১১ ০৩৭ নি।

## ইং ১৯৪৬-৪৭

## ( তম্নাজী মাহৈ-মশিং তম্বা )

ই, ১৯৪৬ কী আগষ্ট তাং ৪ কাওবদা মণিপুরগী মহৈ-মশি তম্বগী চার্জ অসি এম রাধামোহন সিংহ বি-এ না পুখি। মসিগী মমংগী লেমহৌবা চহি অসিগী শরুকশিং মহারাজকুমার প্রিয়াবর্ত সিংহ দরবার মেম্বরনা চার্জ পুরমই। ডি আই এল থাগোয়বনা ইং ১৯৪৭ কী ফেব্রুয়ারি কাওবা থবক পুখি। মসিগী মতুংদা এম কোইরেং সিংহনা ডি আই ওইনা পুখি। ডি আই এল থাগোয়বনা স্কুমিং ৬ এবং কোইরেংনা স্কুমিং ৩০ অমসুং এলস্কা

তোরবীদা হায়স্কুলদা চহি অসিদা ছাত্র ৭১১ তমখি। ছাত্র-শিংনা নোমেগী স্কুল কাবগী চাং চাদা ৭৭২৫ দি। স্কুল অসিদা ওজা ১৬ লৈখি। ওজাশিং অসিগী মরুপী থাক্তী বি এ ৪০ বি এসি ২০ আই এসি ১০ মেট্রিক ৮ অমসুং হিন্দি ওজা অমনি। স্কুল অসিনা থা থাগী ওইনা দু. ১ /১০ মণিপুর সরকারদগী ফংখি। স্কুল অসিগী চহি পরিক্ষাদা ছাত্র ৪২৪ পরিক্ষা থাখি। ছাত্র ৩৫৬ পাশ ওইখি। চহি অসিগী মেট্রিক পরিক্ষাদা স্কুল অসিদগী ছাত্র ৬ পরিক্ষা থাখি। ছাত্র অহুম পাশ তৌখি।

ইং ১৯৪৬ মণিপুরগী মহৈ-মশিং তম্বগী ইতিহাসতা মমেক লানা লৈহৌরগদবা চহিনি। মতম অসিদা মণিপুরগী এমজানা কলেজ অমত্তং লৈতরদি হায়না থমদুনা অদু চহি অসিদা শ্রীমতি ধনমঞ্জুরি মহারাণিনা পুকচেল চাওবগা লোয়ননা লুপা লিশিং তরা দান তৌবীদুনা মণিপুরগী অহানবা কলেজ লিংখৎখি। কলেজ অসিগী মমিং ধনমঞ্জুরি কলেজ কৌখি।

### (চীংগী লমদা মহৈ-মশিং তম্বা)

সদর সব-ডিভিজনদা প্রাইমারি স্কুল কুনমরি লৈখি। স্কুলশিং অদুদি বেসিক স্কুল ১০ এল পি স্কুল ১৫, পুরুষগী স্কুল নিপানি। সদর সব-ডিভিজনদা লৈবা মাত্র ২৭ তা হায়স্কুলদা তম্বগী সুবিধা পীখি। স্কুল ২৫ অসিদা পুম্বা ছাত্র ১৫৯৪ লৈখি। ছাত্রশিং অসিনা নোংমগী স্কুল কাবগী চাং চংলো ১১০৬ দি। সব-ডিভিজন

## লাইরিক অসি ইবগা তৈনবিবা লাইরিকশিং অমসুং রিপোর্টশিং

১। চৈথারোল কুম্বাবা (অনিশুবা মচা)

২। Introduction to Manipur
By L Ibungohal Singh, 1963

৩। A Short History of Manipur
By R K Jhalajit Singh

৪। Gazetter of Manipur By E W Dun 1886

৫। The Meitheis By T C Hudson 1908

৬। Foreign Political A Proceedings
Nov 1863 No 6

৭। Political Consultance
12th July 1841 No 88 91

৮। মনিপুর ইতিহাস আইবা ভ এল চন্দ্রমণি সিংহ

৯। My Experience in Manipur and Naga Hills
By James Johnstone

১০। A Short History of Manipur
By R K Sanahal Singh B Com

১১। Gazetteer of Bengal and North-East India
By B C Allen E A Gait C G H Allen
H F Howard

১২। Nationl Council of Education Research and
Training Ministry of Education (1947 61)

১০। History of Manipur By J Roy
১৪ Gazatteer of Manipur By M Bhattacharya
১৫ Abridge Gazatteer of Manipur By Capt Du[illegible]
১৬ Account of the Valley of Manipur By W McCulhoch
১৭। Annual Administration Report of the Manipur Agency (1868 69, (1873 78)
১৮ Administration Report of the Manipur Political Agency, (1891-1913 (1915 1919) (1921 1936) (1938 1940 (19[illegible] 1946
১৯ History of Modern Manipur ([illegible]), Edited By [illegible]